লাইরিক অসি কোঙদোক্নুনা পুথোক্নবগীদমক মণিপুর গোভর্ণমেন্টনা লুপা শঙ্খা মতেং পাঙবি। মসিগীদমক মণিপুর গে ভর্ণমেন্টতু হয়া হয়া থাগৎচরি।

কোঙ্খবা —




শ্রীসলাম কিশোরচন্দ্র সিংহ
হেড পণ্ডিত নং ৬, ফোইজিং স্কুল
নম্বোল বাজার।


সত্ত পুন্নমক অকোঙবগীনি ] [ মমল লুপা ২'৫০

# নাটক

## শিলা অসিদা অংকংপা

### নুপা

| মমিং | পরিচয় |
|---|---|
| ১। রঞ্জন — | শিলা অসিগী হেরো |
| ২। মোহন— | [illegible] মরূপ ডাক্টর |
| ৩। বদন— | মোহনগী মীরাই |
| ৪। আই, পি— | পুলিশকী [illegible]কাক থোওবা |
| ৫। চন্দ্রশেখর— | যুটিশংগী মপা |
| ৬। কোনষ্টেবল— | অনি অহুম |
| ৭। তোমান — | পৈশা পায়রবা অহন অমা |
| ৮। মনি— | মশা খাজা নালবা পাখং অমা |
| ৯। পার্থিক— | |



### নুপী

| | |
|---|---|
| ১। বৃন্দা— | হেরোয়িন, [illegible] তাংলবী |
| ২। পূর্ণিমাশি— | মোহনগী মমা |
| ৩। রাধা— | " মচন নুপী অডাং |
| ৪। যুটিশং— | লৈশাবী অমা |
| ৫। লৈশাবী খরা— | |

---

# লাইবক



## ১বা মতাং

### ১বা উপা

( মতম হুমিদাংরাইরম. মাথল তোরহুনা যুটিশং থোংগাল মন্থুংদগী থোরকলগা ঈশৈ শকই। )

ঈশৈ

প্রেম কৌবী তমথিব।
হু'শি হৈতবনা নরমচৎ ওইবী
রায়ে রায়ে নংগী মৈচাক॥
য়েলহৌঙৈদদি খলহৌদরে
হুংঙাইবনি নিংলুরে
রায়ে রায়ে নংগী মৈচাক
চীক্লা নারন্দা চাক্লগা
তনৌবা হকচাংনা মন্থুংদগী কংবমু
থম্মোই লকাদা ওম্বরা ?
রায়ে রায়ে নংগী মৈচাক॥

যুটিশং :—নীংজক্কবনা অম', তম্বীরম্বনা অমদা। হু....হু....হু....
পনশিরমদাইদা থাদোকে থনবনা সুপা ওইবগী লিচৎলা....?
অহুবু...... ( ঈশৈ অমুক শকপা, লোইরগা চংথিবা ;

রঞ্জন মখা ভমদন। মকোই-মরাং ইচোম চোমদুনা চোইরোন লোন্দুনা চংঙকই।)

রঞ্জন ঃ—মাগী হুয়েং বর বার্ত্তন! হন্দক্কী তানক্নম অসিগা কায়বা থোক্লবদি পুন্সীগী নিংবা কায়বস্নু অছুম্নক শুরবা......!

(যুটিশংনচিংবা লৈশাবী ১-৩ থোরকপদা রঞ্জন থোংগাল মরুমদা কমথখিরা)

লৈশাবী ১ ঃ—ইপাম লমদম থাদোক্নদবা, পামু মশাইগোল প্যাংগদবা মুমিৎ হুমনিদা ভাইরেদো। (যুটিশং নত্তনা লোইনা নোকপা) তৎন থাবা লৈতনা মুংঙাইনা পাল্লুকো (অমুকস্নু নোকপা)

লৈশাবী ২ ঃ—নচা ধারা য়াম্না ক্নংজোকো (অতোপ্প' মাইকৈদা লৈশাবীশিং থোকখিবা; যুটিশংনা মমাই হেক লৈথোরকপদা রঞ্জনবু উবা, য়েংনদুনা লৈবা, রঞ্জনস্নু য়েংথোরকপদা)

যুটিশং ঃ—ও......... কাওবিরমলগদ্রা হায়না নিংজরম্ববু কাওবদি কাওবিরমদ্রিবোইরে।

রঞ্জন ঃ—কাওবা.........! যুটিশং! নং তাদ্রা, ঐদি হকচাং ভমদবা থামুক কারকলে; নংবু থাজ-য়োনজখ্রে হায়বা পাও হেক ক্নংবদগী হকচাং অসি ভমদ ভমদনা লাকলিবনি হ...হ....হ .. যুটি! নংগী লুহোংবা হংচিৎনি নত্রা........? নংগী লুহোংবা মুমিৎ কাওদবা ঐনা নংবু কাগওদ্রা..........?

রঞ্জন ঃ—যুটি, ঐনা হৌজিক থল্লিবদি মিৎত্তগী পি তারকত্রা

নজ্রগা করিগুম্বা সুংঙাইবা মীনোক মোক্‌ত্রা ? অছুম্ব করি থরথকনবা অন্নেঙ্গনি খংত্রা ঙমত্রি ।

যুটিশং :—ঐনা থনজরিবদি………… !

রঞ্জন :—করি থনবা………… ?

যুটি :—ঙসি উনরিক্তে অসিদা ঐনা চৎচগদবা পুন্সীগী অরেম্বা লম্বী অমা তাকপিরম্মু । ঐনা রাশকু.না হায়জরি লম্বী অছু নত্তনা অতোপ্পা লমথৈদা চৎচরোই….হায়বিরো… !

রঞ্জন :—নংনা চৎকদবা পুন্সীগী লম্বীবু ঐনা করম্না তাকপা ঙমগনি, লাইবক থিবা মরম্না ফোংনা লুহোংহনা লৌন-শৈনবস্থ নত্তে ; হৌজিক ঐগী পুন্সীগী ফংজগদবা পোৎশক্তি নীংবা কারবা.. …….নং …….নত্রে…….যুটি………… !

যুটি :—নত্তে নত্তে…মহু নত্তে ।

রঞ্জন :—নত্রবদি যুটি, ঐনা তৌগদবা থপা ওইবগী ইথৌ তাকলো থবক অছু পাংথোকপদা নংগীদমক থরাই থাবা তারবস্থ………… ।

যুটি :—ঐবু থাদোকপিগন্নু ! পুন্সা অসিগী নমিঙম নরুমদা থুপচগে— !

রঞ্জন :—অতুদি………… ।

যুটি :—ঙসি………… ।

রঞ্জন :—চৎলসি………… । ( খুদাং পায়বা )

যুটি :—হৌজিকমক………… ।

রঞ্জন :—তানজা অসি অমুক নানথোকহনবা তৌরগুমসি,
লাইবক্তা তম্বা অমা লৈরমগনি—।

যুটি :—হায়নিংঙাই লৈজক্রে—।

রঞ্জন :—অহুদি নিংথ্রবদা নিংহন্নবা (চন্দ্রসেখর চংঙকপা) তৌরগুমসি (চৎকে হেক তৌবদা সেখর চংশিল্লক্কুনা যুটিশংগী খুদাং নাম্মা পায়হনা)

চন্দ্রসেখর :—চন্দ্রিহৈংগী মমাংদা ঐগী রা খরা তাখো, চৎপা তারবসু তপ্পা চৎলু। ইবুঙো রঞ্জন! হৌজিক মহুগী মতম অহু নত্রে; যুটিশংগা নংগা লৌন-লৈনবদি হন্দক মপোক অসিদদি ওইররোই, মসে ঐগী দোষ নত্তে, ঐবু শাওগনু; নংগী দোষনি। নংনা রাখল থেনজখিবা মরম্মা মসি থোকলম্লিবনি। ঐনা হায়বদি অসিনি মহাকপু থাজ য়োনজক্রিহৈংগী মমাংদা নংগী রাখল অমতং ঐবু মাংজোননা খংহল্লমূলবদি ঐ অসে অহুক য়াম্না রাখংদবা মী নত্তে। হৌজিক মতম অহু হৌথ্রবনিনা নংনা রাখল তৌহনা খুড়াবু মীগী মমাংদা চোপহনগনু—নংনা যুটিশংবু তশেংনা হুংশিরবদি নচনগী মিংচৎ থিহনগনু। ঐনা হুংলিবা রাহং অসে হৌজিক ঙাইহাক্তী রাহং নত্তে। পুন্সীগী অরোইবা রাহংনি—নংগীসু পুন্সীগী অরোইবা পাওখুম পাম্মী—।

রঞ্জন :—মহুগী পাওখুম অহুদি এনা পীজবা হৈবগী পাজল

লৈজত্রে ; নচা ইবেম্মদা হংবিরগা মচুদা কংঙকপা পাওথুম্না ঐগীসু······ ( রঞ্জন থোকখিবা )

যুটি ঃ— নত্তে নত্তে······( চৎকে তোবা )

রঞ্জন ঃ--যুটিশং······ ।

## —Light off—

## ১বা মতাং

## রশুবা উত্পা—লম্বী

( হুংমিদাংবাইরম ওকতা লুহোংবা থিনবগী বেল থোংবা লৈশাবী ১-২ মী খরসু লুহোংবা থিনবগী মওংদা থোরকপা রঞ্জনসু ফিভম কায়না থোরকপা )

লৈশাবী ১ ঃ—ইতা ! ওসি যুটিশংনা অসুক মথন্নাই সুংঙাইতনা লুহোংবদা কপলিবা অদু করি মরমগীনো ?

লৈশাবী ২ ঃ—মপুন্নিংনা তাবা মুপা থোক্তবনা মথন্নাই সুংঙাইতদুনা কপলিবনে ।

লৈঃ ১ ঃ—মপুকনিংনা তাবা মুপা নত্রবদি করিগী মানা লুহোংবদা য়ারিবনো ?

লৈঃ ২ ঃ—মীনা তম্বনা অমা লাইনা তম্বনা অমা, পুম্নমক লাইবক্তা তম্বনি । ( থোকখিবা )

রঞ্জন :—লাইবক্তা তম্বা ! লাইবক ! হঃ হঃ হঃ য়েংশি... ।

( মমিৎ ভাংলবী বৃন্দা ঈশৈ শক্লহুনা ভিক্ষা নিবা থোরকই । )

—ঈশৈ—

হা নোংদম খিবা বিধাতা
অরা অনা কয়াবু নংগবা ঐনি
বিধিনা তম্বা নোংদমনি ।
থমোইদা কংলে পুকনিংগী আশা
কায়রেদো পুক্নীগী নিংজবা
নিংনা থোম্না লৈহৌরে
মিৎকী পিনা য়াখৈরেদো ।

রঞ্জন :—লাইবক্তা তম্বনি । ( স্বগত )

বৃন্দা :—( ঈশৈ লোইরগা মী লৈবগী মখোল তাবদা ) বাবুজী ! ভিক্ষা !

রঞ্জন :—ভিক্ষা ! ( জ্ঞান তাদনা সনা খুদোপ লৌথোকতুনা বৃন্দাগী ঝুলিদা হাপচিনবিবা, বৃন্দা ঈশৈ শকতুনা থোকখিবা ) ।

# Light off

# ১ৱা মতাং

## ৩শুৱা উতপা—"চীংঙ্মাগী উমং"

( চীংথক্তা য়ুম মচা অমত্তু লৈ। বৃন্দা খুদোপ অহু পায়রম্বদুনা চীংগী অত্থূদা কয়মদুনা লৈরম্মী )

বৃন্দা :—লাইবক থীরবী, মিৎতাংবী ঐগী ইকমদা মমল য়াম্রবা সনা খুদোপ অসি পিরকলিবা অসিবু পুকচেল চাওবা কনা ওইরিগবা ? শোইত্রে মচিন্দা "ভিক্ষা" ছায়রগা অতোপ্পা রাহৈ অমতা হায়দনা ঐগী ভিক্ষাগী ঝুলিদা কৱিগুম্বা পোৎ অমা থাদথি, মহাক অহু শোয়দনা ওইরমগনি। বাবুজী ! লাইবক থীবা মিৎ তাংবিনা, পুকচেল চাওরবা বাবুজী নংগী শক্তমদি উবা ফংজত্রে ; অহুবু বাবুজী। নংগী নরাহৈ খোনকমদি ছুং কোইনা তাজহৌরে, হঃ হঃ হঃ লাইবক থিরবীনি কাম্লত্রবা মপোকনি হায়না মপোক অসিমগী খল্লরোই হায়না লেপত্রবা রাখল অমবু খুদোপ নংনা ঙসি ইনৌ-নৌনা পুশিল্লক্নি। নোংদম থিরবা হে বিধী। লাইবক থীবিগী থুংকত্রবা প্রেমবু শক্তক তন্বীগে হায়বিরিবরা ? ( লৈশাবী পাখং খরা শিং চল্লা চল্লা ঈশৈ শক্লা শক্লা থোরকই )

—ঈশৈ—

লৈশাবী :—ও·—মালেম লৈমা মাংখিদোরে

অঙানবা শরুক লোইখিদোরে
পামেল শিংজা চল্লুরসি।

পাখং ঃ—স্না কৈখেন্দা য়োল্লুরগা
তরা শেন্‌জা শারগা
চরৈ নমথাং লৈবিগে।

লৈ+পা ঃ—যৌবনগী নিংথিজবা বসন্তনি
পুন্সীগী মুংঙাইবা অয়ুক্নি
নাপ চিক্লা মুংশি য়ারানরুসি॥

লৈশাবী ঃ—বৃন্দা—! নংগী শীংয়েন্দি ঐখোয়না চন্দুনা পুবিরক্লবনি।

বৃন্দা ঃ—য়াম্না মুংঙাইজরে।

লৈশাবী ঃ—নংগী পাবগী কর্ম্মদি কয়াম য়াংলি।

বৃন্দা ঃ—ঙসি ৭০৮ নিদা মঙাইরে। ঐনা মুামৎ খুদিংগী ভিক্ষা নিজরুহুনা 'শেল থুম খরদি লৌজরে, ঙসি নিনি কুমনি লৈরগা নখোয়দা লোইনা শিন্নজগে, নখোয়না কনবা শিন্দুনা লাইদা খর কৎপিয়ু।

লৈশাবী ঃ—নংগী বাজিনু লৈত্রবনিনা নতোমতা লৈবা থদোং য়াম্না চাররোই; থংন-চান্নবা অমগী য়ুমদা লৈনবা তৌরসি।

বৃন্দা ঃ—লাইবক থীরবী মিৎ তাংলবী ঐবু কনানা মুংশিবিগদগে কনানা লৈহননিংগদগে.......... ?

লৈশাবী ঃ—অহুগা ঐখোয়দা লৈরুরসিদনা— !

বৃন্দা ঃ— মহু চানবিবগী তাকপিবনি। অহুয়দি ওইরবদা নখোয়গী

অহল-লম্মন লৈদো, নোংম নিনিদি লুনা চান্না তৌবিরম্বা য়াই তরানি শুরকপদদি কননা থংবা ওমগনি। নত্তে ইতা! লাইবক থিরকপগী থিরকপা অয়াবা অসি পুন্সী-চুপ্পা অম্মম খাংজরগে। এগীদমক্তা করি অমতা থনবিরুগন্তু, নখোয় এখোয়না শিনবা ওম্বা নত্তে, লাইবক্তা তম্বা অমা লৈরমগ ন। চৎলো নখোয় নখোয়গী নোংমগী তৌগদবা শিন্থা পাংথোকলুরো। (লৈশাবী পাখং ঈশৈ শকপা)

—ঈশৈ—

যোবনগী নিংথিজবা বসন্তনি
পুন্সীগী সু ঙাইবা অয়ুক্নি
নাপ চিক্না সুংশি ন্নারানরুসি।

(ঈশৈ শক্না শক্না থোকখিবা)

বৃন্দা :—যৌবনগী নিংথিজবা বসন্তনি, পুন্সীগী সুংঙাইবা অয়ুকনি, নাপ চিক্ন সুংশি ন্নারানরুসি! হ! হ! হ! সুংশিবা হায়বদো এগীদি কদাই? লৈতে এগীদি লৈতে এনা লৈ হায়না থনজরবস্তু এগীদমক্তা লৈবিনবা ঙাইবং অসিদা কনাস্ত্র লৈতে, ফজবা নিংথিবতনা কুপলবা সংসার অসিদা অপাম্বা নত্তনা সুংশিবা লৈতে (চৌংথক্তা কাখৎখিত্তনা মাগী ম্লম ময়াদা লেপ্লগা ঈশৈ শকই। মতম অসিদা রঞ্জন তুরোই ওমলোই চংঙক্কুনা চিংথক্তা হিপ্তুনা পোথাবা)

( বৃন্দাগী )—ঈশৈ—

হা নোংদম খিবা বিধাতা
অরা-অনা কয়াবু নংলবী ঐনি
বিধিনা তম্বা নোংদমনি।
থমোইদা কংলে পুকনিংগী আশা
কায়রেদো পুক্নীগী নিংজবা
নিংনা শোন্না কৈহৌরে
মিংকী পিনা রাখৈরেদো॥

রঞ্জন ঃ—অমুকস্থ তাথে.......ওসস্থ অমুক নক্ষম অসিদা......
মসিদি ঐগী পুকনিংদা পাম্বা মক্ষম নত্তেনা। মক্ষম অসিদস্থ তুপীগী খোঞ্জেল! হ....হ..হ...ইস ঃ ঈশিং ওনথোক্লা খোরাংথেদা.........! ( তূমথখিবা )

বৃন্দা ঃ—( অরাপ্পদগী ) কনা ওইরিগবা অরাবা খোম্থোক্লা ঈশিং ওন্থোক্লা খোরাংথেদা হায়রিবসিবো!
( চীংথক্তুগী কুমথরক্লুনা পাত্র অমদা ঈশিং হাপ্তুনা রঞ্জনগী মনাক্তা থম্লগা চৎকে তৌবদা খুদি থিদুনা ভুবা, ঈ থোকপা, রঞ্জন হৌগৎলকপা )

রঞ্জন ঃ—( ফিংনা ) কনানো......? ছিঃ ঈ য়ান্না থোক্লেনা ( অশোকপা মক্ষম অহু রুমান্না পুনশিনবিবা ) ইবেম্মা অসিগুম্বা মক্ষম অসিদদি তুপী ওইবী নংনা মতৌ করম্না..........?

বৃন্দা ঃ—লাইবক থিবী ঐনি, চীংথক্তা নৈবিবা খাংপোক অসিনা ঐগী পুন্সোগী অরাবা খাংনকমনি ; ঈশিং খোয়াংই হায়বা তাবদগী ঈশিং পীজবা লাকপনি।

রঞ্জনঃ—ও...... ঐগীদমক্তা খুদোংথিবা অসি নংলবা...... !

বৃন্দা ঃ—ইশিং অহু কানবিয়ো, অরাম-খোয়াংবা অহু কোকপা ঙম্‌্রা য়েংবিয়ু ; অহুগা ঐনা খুদোংথিবা নংবগীদমক্তদি খোইনা খনবিরুগম্নু।

রঞ্জন—ঈশিংদি পীবিরমগা ঐবু হোদোকপিরমদনা লোয়া চংকে তোবগী মরবদি.......... !

রঞ্জন্দা ঃ—লাইবক থীবি ঐনা পুরকপা ঈশিংনি হায়বা খংথিহুনা হঙ্গোইথিবদগী কয়িগুম্বা খোয়াংবা অহু কোকথিগদ্রা হায়না খনজবদগী........ !

রঞ্জন—অহুর ? হ...হ...হ মী পুম্নমক ঈশ্বরনা শেম্বনি, হকচাং পোলাংদমক খেন্নবনি মন্নুংদা য়োকপা থরাই চেক্লাদি অমত.ন, মহুগীদমক্তা নংনা চিংনরবদি .....( ঈশিং থকপা ) হাওখ্রে্দা........ !

বৃন্দা ঃ—( মোমোন নোক্ত্রনা ) ওকপিরবরা ?

রঞ্জন ঃ—ওকলে, অহুগা ইবেম্মা, হৌজিক চীংমথক্তা ঈশৈ শকখিবা অহু কনানো ?

বৃন্দা ঃ—ঐনি— ।

রঞ্জনঃ—ঈশৈ অহু ওরাং নাহাল সহরগী লম্বীদা শকখিব্রা ?

বৃন্দা ঃ—ও মিৎ তাংবা মরম্মা শককমদি উজবা ফংস্রে, অহুবু

থোরকপা খোঙ্গোক্না পুক্লিং অসিদা ওইরমগনা হায়না য়াম্না চিংনরে।

রঞ্জন :—কনাবু...... ?

বৃন্দা :—ঐনা ঙৈশৈ শক্তুনা সকরগী লম্বীদা ভিক্ষা নিবা চৎচবা মতমদা ঐগী ভিক্ষাগী ঝুলিদা করিগুম্বা পোৎশক অমা থাদবিরমই ; বাবুজী অদুগী খোনফমগা ওঙ্গোক্না মাম্নখ্রে, খংনিংবনা পুক্লিংদা মপান নাইদনা লাংতক্লরে। অদুবু লাইবক থিবদগী মিৎতাংবা মরম্না খংনিংবা ঙসি খংজবা ওমজদরে।

রঞ্জন :—ওইরম্বা য়াই ; হায়রু নংগী ভিক্ষাগী ঝুলিদা করি পোৎ য়াওরম্বগে ?

বৃন্দা :—অসিনি (খুদোপ অদু উৎপা)

রঞ্জন :—(খুদোপ অদু য়েংঙুরগা মাগী মথুৎতা য়েংবদা খুদোপ য়াওরমদবদা ওক্তুনা) মচুদি ঐগী খুদোপ ন।

বৃন্দা :—শোইদ্রে, ঐনা নিংলম্বা চুমলে।

রঞ্জন :—খুদোপ ওদুদি মতৌ করম্না...... ?

বৃন্দা :—বাবুজী নং নশামক্না ঐগী ভিক্ষাগী ঝুলিদা হাপ্পিরম্বনি ; কাওরবরা বাবুজী—?

রঞ্জন :—চুম্ম নিংশিংলক্লে।

বৃন্দা :—বাবুজী লাইবক থিরবী মিৎ তাংলবী সংসারগী লৈতেং থাদোক্লবী ঐগী ইকমদা মসিদি করি কাম্নগনি—সে— !

(পীগে তোবা)

রঞ্জন :—নত্তে নত্তে মচুগী রাখল অদু লাল্লে। দান তৌথ্রবা পোৎ হনজিনবা হৌনদে। নত্তে নংবু পোকপা অহল-লমনদি লৈরিবরা ? নমিংনা করি কৌই ?

বৃন্দা :—বৃন্দা কৌই, সংসার অসিদা ঐগীনি হায়বা কন' অমত্তা লৈজদ্রে। ঐবু পোকপ ইপাস্থ লাইবক খিবী মচা ঐবু হুন্দোকপিরম্লগা সংসার অসি থ'দোক্তনা চৎখিবা ভ'স মরি মণ্ডানি শুরে, ইপাগী কর্ম'গীদমক্তা ঐনা ভিক্ষা নিবা কোইচৎ চৎলিবনি !

রঞ্জন :—নংগী নমিৎ অসি'দি পোকইঙ্কদগী তাংওকপরা···নত্রগা ?

বৃন্দা :—মত্তে করিগুম্বা খুদোংখিবা অমদগী তাংখিবনি।

রঞ্জন :—অদুদি বৃন্দা নং ঐগা লোইননা চৎশি, নংগী নমিৎ তাংশিবসি লাহয়েংদুনা কহনগে।

বৃন্দা :—বাবুজী, ঐগী মিৎ তাংলিবসি শোইদনা কহনবা ঙমগদ্র. ? অদু ওইরবদি······· !

রঞ্জন :—শোয়দনা কহনগনি।

বৃন্দা :--ঐগী রাজকম ওইরম্বা ইপা নোংগাংলরে হায়না রাজরম্বদি হে ঈশ্বর, নংনা লাইবক খিব'গী থরাই পিবিরকলে। বাবুজী ! ঐগী মিৎ অ'স উহনবা ঙমগনিকো ; সংসারগী মহোশাগী থুৎশেম পুম্নমক উবা ঙংলনিকো ! বাবুজী ! ঐগী মিৎ অসি কহনবা ঙমগনিকো !

রঞ্জন :—শোয়দনা ঙগনি বৃন্দা, কনবা লাইয়েংলিডৈগী মতমদদি

ঐগীদা লৈরুবা তারে, নংনা ক্ষরগা চৎকে হায়রবসু চৎখো।

বৃন্দা :—নত্তে নত্তে রাখল অহু লালে, ঈশ্বরনা ঐগী চংকক্ষমনি হায়না পীরিরক্লবা বাবুজী নংবু থাদোকক্লনা ঐনা কদাইদা চংকনি। অহুগীসু মথক্তা মী-ইবগী অথোইবা লন, মিৎ মা'লুরবা ঐগী ইকয়দা অনৌবা মিৎ অমা পিবি-গদৌরিবা ঈশ্বরগুম্বা বাবুজী নহাকপু পুন্সী অসিদা করম্বা থাদোকনি। মতিক চানা লমন শিংবা ওমত্রবসু পুন্সীচুপ্প ননাই ওইদুনা বাবুজীগী সেবা তৌজগনি। কাম্নগদবা লৈরবদি বাবুজী নংগীদমক্তা থরাই কাওবা থাদোকনি।

রঞ্জন :—বৃন্দা! পুম্নমক লাইবক্তা তপ্পনি। চৎলাস।

বৃন্দা :—অদুদি করিগুম্বা পোৎ ময়োম অমত্তা লৌথোকচরুখিগে

( বৃন্দা চৌংথক্তা কাথৎখিবা )

রঞ্জন :—ঙসি অমুক ইনৌ-নৌবা রাখল অমা.......... ।

( চৌংয়াদা হিপ্পদা তুমথখিবা, বৃন্দা পোৎ ময়োম অমা পায়রতুনা কুমথরকপা )

বৃন্দা :—লেংঙসি বাবুজী! ( চৎপা হৌবা ) বাবুজী......। বাবুজী! বাবুজী! ( রঞ্জন ভাদবা ) বাবুজী! মিৎ তাংলবী লাইবক খিবী ঐবু মিৎ উহনগনি হায়দুনা হয়াওহম্নগা লৌনম তৌদুনা হনগ্রবরা? অদুম তৌদুনা মীবু লাকরগা করি কাম্নবগে বাবুজী! ( রঞ্জন হৌগৎলকপা ) ঐনা থনজরবা আসাদি ননাইহুপীমক ওইবা কংদ্রবসু পুন্সীচুপ্পা নংগী

শেগাদা তাংহুনা ননাই ওইহুনা বাবুজী নংগী সেবা তৌগে থনজরম্বনি, অদুবু নংদি লৌনম তৌবিরগা চৎপ্রবোইরে—।

রঞ্জন :—( হিপ্না হিপ্না ) বৃন্দা ! ঐ অসিদা অসুম লৈনে।

বৃন্দা :—( হয়াওমনখিহুনা ) বাবুজী ! ( রঞ্জনগী মনাক্তা চেনশিন্দুনা তুশিনবা )

রঞ্জন :—নংনা খল্লিখদো অরানবনি, নংবু ঙাইবা ওইনা ঙাইহাক পোংথাগে হায়হুনা হিপথরুবদগী তুমথোকথু্মাল্লে অদুননি।

বৃন্দা :—বাবুজী ! রাখাল থেনবা ঐবু ঙাকপিয়ু। ( কমথরগা মাল্লি কৈগন্দা রঞ্জনবু মোন খাংহন্দুনা তুমহনবা ) নিংঙাইদনা ঙাইহাক্তা পোংথাবিথো !

—ঈশৈ—

রাখাল মৈরা চন্নহুনা
প্রকৃতি নংবু থিজরগে
লোৎলগনু সাস্তি লমজিংবা

—Light off—

## ১বা মতাং

## ৪শুবা উত্তপা—"কুম মাঙ্গোল'

( ছানানা কুপস্থনা চাকলুক অমি লৈ, বৃন্দানা ইমুংদগী লাথল ভৌহুনা থোরকই।)

বৃন্দা :—( চাক মনাক্তা কমলগা ) হৌজিক কাওবা বাবুজীনা লাক্লিব্রা অসিবু কদাই তাম্না চৎখ্রবনো ? চাক অসিদি ইংখ্রগনি, থুনা লাকনি হায়রম্লগা...... । মতৌদি ঐগুম্না খুদোংথিব্বা নংলবা অনংবা মীশক অমগুম উট, অদুগা ঐগী মিৎ তাংবা কহনগনি ইপাগী কর্ম্ম শোনবিগনি হায়দুনা চিংনবা লৈভনা থোনাকনা হায়'র। মমুম-মকৈ কাওবা লৈতবা মীগী মমুমদা তাংহুনা লৈবা মহাক্লা ইলাই-লাইনা ঐগীদমক্তা অন্নাবা কয়া খাংবিগনি হায়রিবসিবু· .... । বাবুজী ! মাগী পুকচেল অসি অওকপনি । উম খংঙে, মুংঙাইবনা অরাব্বা খংদে, লাইরবতনা লাইরবগী অরাবা খংই হান্নবদু অসিনা ওইরে ( রঞ্জন চংওকপা ) বাবুজী ! নংগী পুকচেলসু খংজরে, নরাহৈ খোনকমসু তাজরে অদুবু করম্বা মতমদা লাইবক থিবীগী মিৎ তাংলিবা অসি কহুনা নংগী চেংলা শক্তমবু উজবা কংগবা খংজবা ওমদ্রে। নিংবা থুংদনা পুজী অসি মতোল লোম্বনা হানখ্রগদরা···?

রঞ্জন :—বৃন্দা......... !

বৃন্দা :—বাবুজী...! ( ইকাইবা, হরাওবা )

রঞ্জন :—পোকওমদনা পোকপা মীওইবগী মপোকনি, অদুগুম্বা বাখল খন্দুনা করিগী মপুকনিংবু অন্নাবা পীজরিবনো? নংগী নমিৎ তাংলিবা অদু শোয়দনা ক্ষ্ণনগনি হায়রিদনা অদুগীদমক্তা ঐনা হৌজিক ডাক্টর উন্নরম্মে। ওাইহাক লৈরবদি য়োরকলগনি।

বৃন্দা :—বাবুজী! অদুদি মিৎতাংবা শোইদনা ক্ষ্ণরনিকো।

রঞ্জন :—ক্ষ্ণরনি বৃন্দা—।

বৃন্দা :— অদুদি বাবুজী, ঐগী নিংবা থুংলগনি।

রঞ্জন :—করি নিংবা?

বৃন্দা :—বাবুজী নংগী ক্ষজবা পুকচেল, নংগী শকক্ষম অদুবু কয়াগী মতিক নিংথিজবনো হায়বা অদু য়েংনিং থংনিংবনা ঐগী পুক্নিং চেক্লানা ইথৌ লাংলিবসি বাবুজী নংদি উত্রবরা? হায়রু বাবুজী! মুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা থা কয়া হৌথ্রবা মতুংদা নংগী শকক্ষমবু উজবা ক্ষংগনি বাবুজী?

রঞ্জন —বৃন্দা—! মহু ঐনা হায়বা ওমদে, ডাক্টর লাক্লগা থংগনি। মুমিৎ অসি থেংথ্রে, ঐ চাক ঈশিং থোংনবা হোৎনক্লরগে।

বৃন্দা :—চাক ঈশিংদি ঐনা থোংহনা লোইরে ঈক্লজবিক্লরো বাবুজী ওাইহনা লৈরমলিবনি।

রঞ্জন :—করি বৃন্দা—! নংনা চাক ঈশিং থোংলবা! করি মরমগীনো? নংবু ঐনা থবক ভৌগম্নু, চৎথোকম্নু হায়ব্রা—?

বৃন্দা :—বাবুজীনদি চথোকই পোৎথাবা ক'দে, যুমদা হজিল্লকই পোৎথাক্ষম থংদে, ইমুংগী অরাৎ-অপা লত-লাম্নরা থিক্লরগা

চাক ঊশিং থোংহুপা চাবা অদু অহুম খল্লুবদা থাঙবা ঙমজ্রদুনা ঐনা থোংদোকলমবনি।

রঞ্জন ঃ—বৃন্দা ! নংনা ঐগী ইতেং পাংদুনা অরাবা কোক্লগা ঐনা হুংঙাইগমি হায়না নংনা খল্লিগনি, অদুবু ঐহোন্দদি মহুগী ওয়-তৈনবা ওইনা থোকলে। নংগী কিশুম অদুনা থবক-ইনথাং তৌবা ঊরে হায়রগা ঐনা কয়াগী মতিক রাবগে হায়বা অদু নং করি অমতা খংজ্রমাল্লে নং মতুং মনাওদি ঐনা হায়বা ইল্লুকো ঐবু অমুক অরাবা পীগন্নুকো।

বৃন্দা ঃ—বাবুজীগী রাখল অদু লাল্লে. মিৎ ভাংলবস্তু থবক তৌবগী পাঙ্গলদি ঐগী চপ চানা লৈজে। ঐগীদমক্তা করি অমতা খনবিরুগনু।

রঞ্জন ঃ—নংমদি অদুম হায়রি বৃন্দা ! খল্লোই হায়বা ঙমদে, নমিৎ ভাংবদু ফরে হায়রগা নংনা নিংবতা তৌ, অপাম্বতা হায়য়ু শোয়দনা মানং থুংহনগনি। নংগীদমক্তা ঐ অসে লেংদনা লৈরি।

বৃন্দা ঃ—ইরুজবিরুরো চাক চাননবা……।

রঞ্জন ঃ—ঙশাই অয়ুক্তা লুরবনি চাক্তি কদাই ?

বৃন্দা ঃ—অসিদা লৈরে ( ছানা হাইদোকপা )

রঞ্জন ঃ—( চাকলুক মনাক্তা কমলপা ) বৃন্দা ! নংদি চাখিরোইজ্রা ? লাওজনা চারসি—।

বৃন্দা ঃ—বাবুজী লোইরগা……।

রঞ্জন ঃ—নত্তে চামিন্নসি লাও, চারো……।

বৃন্দা :—ঐ কোয়া………।

রঞ্জন :—কোয় নত্তে বৃন্দা। ( বৃন্দা চংশিন্দুনা রঞ্জনগী চাকলুক ময়াদা কমলবা )

বৃন্দা :—চারসি বাবুজী ( চাবা হৌবা ) বাবুজীনা হায়া চারগা ঐনা কোয়া চারবদি অরাৎ-অপা হায়া য়াগদবা। হৌজিক্তি মতম অমতদা চামিন্নরবনিনা অরাৎ-অপা হায়ি-নিংঙাইস্নু লৈত্রবনিনা পুক থল্লবস্নু থন্দনা তোকপা তারেদো।

রঞ্জন :—নংনা থল্লগা লোইরে বৃন্দা ; হাওখ্রেদা ঙসিগী চাক ইনশাং অসিদি।

বৃন্দা :—হাওস্নু হাওতনা বাবুজীনা হেক্তা হায়শিন্নবা……।

রঞ্জন :—হায়শিন্নবা নত্তে অওইবনি বৃন্দা, ঙসিগী নংগী চাক ইনশাং অসিদি চাত্রবস্নু হায়া পুক হেক্তা থল্লে ( বৃন্দা চাক হুকে তৌরম্বদগী ইকাইহুনা থাদবা )

রঞ্জন :—পুক্ থল্লবস্নু অমুকস্নু চাখিগে নংস্নু চারো।

( চাক চাবা হৌবা )

বৃন্দা :—ঙশাইমথৈখ বাবুজীদি………।

রঞ্জন :—করম্ননি চাগনি নংনদি ঐগী চাকলুক্তা………।

বৃন্দা :—অওইবরনে বাবুজী………?

রঞ্জন :—থাজত্রগা পুথম মপান্দু পায়হুনা রেংঙু।

বৃন্দা :—ইশঃ ( ইকাইহুনা হৌগৎকে তৌবা )

রঞ্জন :—( বৃন্দাগী খুদাং পায়হুনা ) বৃন্দা! করিগী ইকাইরিবনো

নপুক থন্না চাখো ( বৃন্দা অমুক চাবা ) অত্থুগা নংগী বাবাগী কম্মস্থ হংচিং তারিমাল্লেকো—!

বৃন্দা :—হোয়, বাবুজী, করিগুম্ব' রা অমতা হংগেনা।

রঞ্জন :—হংঙু করি রানো—।

বৃন্দা :—বাবুজীনা মীগী মযুম অসিদা তাংদুনা লৈরিবব্ করি মরমগীনো ? লো ইংখোল লৈত্রবরা ?

রঞ্জন :—লৈরম্মী, পুম্নমক লৈরম্মী।

বৃন্দা :—অত্থুদি...............।

রঞ্জন :—ঐগী অরাবা খুদোংবিবা কয়া মথং মথং খেংনখি হায়বদি ইপা ইমা নোংগাথরে, ইয়াম্বা অনি লৈখিদরে, ইচল মুপী অমস্থ শিখরে মত্থু পুম্নমক অত্থুগী তার পুবা ওম্নবা হোৎনবদগী লৈজরব্বা পুন্নমক লোইনা চৎখ্রবনি। মীগী মযুমদা তাংদুনা লৈরবস্থ থবক মচা অমতং তৌজদুনা চারাদদি হেনজদত্নুনা মীবক তিনবা ওমলিবসিনি।

বৃন্দা :—অত্থুক যাম্না তাকপিত্রবস্থ ঐদি ওশাইনা খংজরে। ( রঞ্জন চাক চাবা লোইদুনা চিন তেংথোকলুরগা অমুক চংওকপা বৃন্দাস্থ চিন তেংবা থোকখিবা )

রঞ্জন :—( লুখাক শেংনা শেংনা ) ঐগী লাইবক্তা তম্বীরবনি মমিং তাংবা করে হায়রগা কোন্না তপ্না পুকনিংগী আশা......। বৃন্দা.......! করি তৌরবনো......?

বৃন্দা :—( চংওকপা লুখাক শেংবা মখোল তাবদা ) বাবুজীনা....?

রঞ্জন :—অচুম্বনি—।

বৃন্দা ঃ—বাবুজী চুম্বা ঐগীদমক্তা অরাবা কোংগাই খাংবিবগী মথক্তা ঐনা চাবা লুথাক কাওবা শেংবিয়বদি মিং তাংলবীনি হায়রক্লা ঐবু ইকাইবা পীবিরিবরা ?

রঞ্জন ঃ—নত্তে নত্তে বৃন্দা, নংগী য়াথল অচু লায়ে। ঙসি কাওবা ঐগী পুকচেলসু নংনা থংবা ঙমক্তি। ঐনা য়ুমদা লৈরিবৈদা নংনা থবক ইনখাং তৌজবদি ঐনা উরুদে, ঐ লৈরিবৈদা ঐগী ইমাংদা নমিৎতি উদনা নংনা য়ানা থবক তৌবা অদুবু ঐনা করম্বা য়েংহ্নবা লৈগনি বৃন্দা।

বৃন্দা ঃ—বাবুজী ! অমা থংদে অমা থ'দে অসুম তৌদুনা বাবুজীনা মীনা হৌনদবা থবক ঐগী লুথাক কাওবা শেংবিগদবা লৈরবদি ঙসিদগী হৌনা হৌজিকমক য়ুম অসি থাদোক্লুনা চৎচখ্রগে, হায়বিয়ু বাবুজী, মতুং-মনাও অসিগুম্বা থবক অসি তৌথিগদরা ?

রঞ্জন ঃ—বৃন্দা—!

বৃন্দা ঃ—হায়বিয়ু—।

রঞ্জন ঃ—বৃন্দা ! নংনা হায়বা ঐ য়ারে।

বৃন্দা ঃ—( হরাওনা ) বাবুজী ! ( মহন ডাক্টর চংঙকপা )

রঞ্জন ঃ—মহন ! চংঙকউ।

বৃন্দা ঃ—( মোরা থাব ) লেংশিনবিয়ু ডাক্টর বাবু ( মহন ফম্বা ) ডাক্টর বাবু ! ঐগী মিং উহনবা ঙমবিগনিকো !

মহন ঃ—ইবেম্মা অচুগীদমক্তা ঐ লাকলিবনি। লাইয়েংলগা কয়িগী ফত্তুদগে—।

বৃন্দা :—( হরাওনা ) ডাক্টর বাবু……।

রঞ্জন :—মহন ! করি করম তৌগদবো হায়বা অহ মুন্না অমুক্তা য়েংঙু ( খুৎশু খুৎলাই পুখোক্‌না ডাক্তরগী হৈশিংবা উৎপা, ঙাইহাক য়েংলগা )

মহন :—ইবেম্মা ! নংনা নমিৎ উদবসি চ'হি ১২—১৩ শুরব্রা ?

বৃন্দা :—ডাক্টর বাবু অহুন্না ওইরমলগনি।

মহন :—মরূপ ! ইবেম্মগী মিৎ অসি নৌরিবৈঙেদা য়েংহৌরমলবদি য়াম্না লায়না করমগদবনি, মতম্না লিথ্রবনিনা লাইয়েংবসু থর লুবা তারে—মতমসু কুইনা চংবা তারে।

বৃন্দা :—ডাক্টর বাবু ! মুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা………।

মহন :—মুমিৎ নঙে, থা ৬ কী মমুংদা মিৎতি শোয়দনা উবা ফংলগনি।

বৃন্দা :—( ঙক্না ) থা………তরুক !

মহন :—অহুগা মরূপ রা অমতংগা—।

রঞ্জন :—করি রানো—?

মহন :—শেলগী দরকারবু থরা নৈ।

রঞ্জন :—মহুদি হৌনবীনি——কয়া য়াম্না——?

মহন :—মরূপ ! লাইয়েংমনগী মরমদা ঐ পাই অমা কাওবা লোঙরোই, অহুগা হিদাকী মমান্দ………,

রঞ্জন :—ঐ থংলে, হিদাকী মমন্দি কয়া চংগনি ?

মহন :—( হাইকেৎ পাহুনা য়েংলগা ) মরূপ ! থজিক থরাক্তা চংঙোইদোরে হিদাকীদমক্তা লুপা লিশিং অনিরোম……।

বৃন্দা + রঞ্জন :—( পুন্না ) লুপা লিশিং অর্নি..........।

মহন :—মরূপ ! মসিদা ঐগী পুক্লিংদা নত্তবা রাখল অমতং লৈরবদি ঐনা ঈশ্বর য়েংতুনা রাশকলিবা অসিনি। চংগদবা অহুতা হায়বনি।

রঞ্জন :—নত্তে নত্তে মহন, মহুগী রাখল নত্তে, চুন্না রাখল অমা খল্লবনি। নং ঐ মরূপনি অহুগুম্বা রাখলবু খনবা হৌনবরা ? ঐনা খনবদি অহুগী রাখল নত্তে।

মহন :—অহুদি নং হৌজিক করি খল্লিবা ?

রঞ্জন :—করি খনগনি মহন, লাইয়েংবদা চপ চানা লেপলে।

মহন :—অহুদি লাইয়েংবা তারবনিনা নংস্থ মীগীদা লৈবনিনা য়ুম অসিদা লাইয়েংবদি কয়া জুগোৎ চাররোই, অহুনা নংস্থ ইবেম্মস্থ ঐগীদা লৈরগা লাইয়েংনবা তৌসি।

রঞ্জন :—মহুনা কগত্রা—?

মহন :—মহুনা লাইয়েংবদস্থ ঐঙোন্দা য়াম্না থুদোংচাবা হেনগনি, অহুদি ঙসিমক লাকলো। হোরেল মুমিদাংরাইরম ওইনা ঐ য়ুমদা লেংদনা লৈরমগে।

রঞ্জন :—ফরে——।

মহন :—অহুদি ঐস্থ অনাবা অমতং—।

রঞ্জন :—চৎলো।

মহন :—ইবেম্মা ! করি অমতা চিংনগম্থ, নংগী নমিৎ শোয়দনা উরগনি।

বৃন্দা :—ডাক্টর বাবু—।

মহন :—মন্নপ ! ঐ………।

রঞ্জন :—চৎলো—ঐ অন্নুম—।

মহন :—লৈহোরো—। ( থোকখিবা )

বৃন্দা :—( স্বাগত ) লুপা লিশিং অনি ! ( রঞ্জন্দা ) বাবুজী—। ঐগী মিৎ অসি পুন্দী অ'সমগী অন্নুম তাংজরগে ঐ মিৎ অমুক উজনিংত্রে—।

রঞ্জন :—বৃন্দা——!

বৃন্দা :—বাবুজী লাইবক থিবী ঐগীদমক্তা বাবুজীনা লুপা লিশিং অনি। মতুংগীদমক থিবদা বাবুজীদা মীপুম খুদিংমক্তী থোংজিন্দা লেপপুগদবা, অরাবা কয়া খাংহ্নগদবা মতু পুম্নমক অতু তাদুনা খাংদুনা লৈগদবগী শরুকপুদি পুন্দীচুপ্পা মিৎ তাংদুনা লৈজরগে বাবুজী। ইপাপকী ফংবা মহৈনি, মহৈ অদু চপ চানা চাগনি।

রঞ্জন :—নত্তে বৃন্দা করিগী অদুগুম্বা রাখল খল্লিবনো সনা লুপাবু পোকপদা লোইনরকপরা ? শিবদা পুগত্রা ? ঐ ইশাগী লৈজত্রবস্তু পুদুনা লংদুনা ওইরবস্তু ঐনা নিংত্রবা অদুদি শোয়দনা পাংথোকনি। পুবা লংবা ফংত্রবস্তু উপাই অমা থিগনি।

বৃন্দা :—( ওক্লা হরাওবা ) বাবুজী—!

রঞ্জন :—অচুম্বনি বৃন্দা ঐগী লেংত্রবা রাশক্কি।

বৃন্দা :—( য়াম্না হরাওনা ) বাবুজী।

—Light off—

## ১ বা মতাং

## ৫ শুবা উপা "লক্ষ্মী"

( রঞ্জন রাখল তৌরদুনা থোরকই )

রঞ্জন :—কদাইদগীনো ঐনা লুপা লিশিং অনি খিক্লগদবা অসিবু— ?
হায়জবা হৌনবমথৈ হায়জরে—চংজবা মাবমথৈ চংজক্ররে—
অদুবু ইকাইবা মাইয়োক্লবা নত্তনা কংবা কৌবদি লৈত্রে—।
( তোমাল থোরকপা )

তোমাল :—এ—ইবুঙো— !

রঞ্জন :—খুড়াবু— ।

তোমাল :—কদোমদা লেংবিক্লরিবনো-?

রঞ্জন :—ঐ অন্নম থবক অমতং।

তোমাল :—লেংবিয় লেংবিয়। ( চংকে তৌবা )

রঞ্জন :—খুড়া—! করিগুম্বা অমত্তা।

তোমাল :—করি ওইরবনো ?

রঞ্জন :—খুড়াদা রা অমত্তা হায়জনিংদুনা……।

তোমাল :—হায়বিয় কৈদৌবাগে ?

রঞ্জন :—মতম খরগীদমক্তা লুপা লিশিং অনিদা পীনবিয়ু হোনবী
মতুংইন্না চপ চাবা লাইরিক লাইশু ইনদুনা খুংকী শোই
পীজগে।

তোমাল :—লাইরিক লাইশু ইনবদি ভরাইথোকপ্রদুনা হায়রিবা
শেল অদুবু পীজবা ওমপনি হায়রবা উদেদা। হায়রিবা

শেল অচুদি করিস্নু লৈবা নত্তে, হেক লাম্থোক্কনা পীজগ-
দবনি অহুবু খুৎতা হৌজিক লুপা ১০ কানা লৈতে মীওোন্দা
লোইনা লৈখে। ঐনা চৎচরিবা অসি শেল থৌবা
চৎচরিবনি। চৎজিবসিনা মঙন্দ ওইরকলবদি উপাই
অমত্তং লৈবা য়াই— অহুবু কংঙকনি হায়বা আশাদি কয়া
উদে। খংত্রে ইবুঙো হৌজিকী মতম অসি শেলবুনা
শিকলে শেল্দোনবনা চাঃরে……। ইমাইপেম্মা কোরম-
দাইদদি মথুৎ ১০ পাঙ্ক্লি—অহুগা পীথোক্লমদাইদদি খুৎ
অনি পানবত্থ কাওবা ত্তেকপগা চপ মায়খে।

রঞ্জন :—খংজরে খুড়া—।

তোমাল :—হন্দক ইবুঙোনা খাজনা হায়দোকলকপা অসিদি
ওম্থোক্লা পীজনিংখ্রেদা—অহুবু ইকাইখ্রেদা

রঞ্জন :—ওম্থোক ওম্থোকপা, মহুগীদমক-পু করি অমত্তা খনবিরূগদ্ধু।

তোমাল :—য়ারৌবিবা য়াদে ত্তানজা অমত্তং চাত্রহুনা তৌবনি
—মতুংদা অমুক—।

রঞ্জন :—কনি ( তোমাল থোকখিবা ) ইশঃ ইকাইখ্রেদা ( মশা
নানবা মনি থোরকপা ) বাবু! ঐনা ওশাই অমুক
নিংশিংজরম্বা অহুবু— করিগুম্বা উপাই অমত্তং………।

মনি :—বাবু! ওশাই ঐনা ইচিল অসিনা হায়জবা ওমত্রহুনা
তৌবনি। মহুদগীস্নু হেয়া পীজবা ওশ্মি অহুবু বাবুগা
ঐগা মরূপ তুংশিনবা অসি কায়নহুসি হায়রবদি লাইরিক
লাইও ইনহুনা শেল থুমগী মরম তৌনহুসি—অচিনবা

থরচ্চ মঙা অমা-তরা অমদি লৌনবা রাই অহুগা – ।

রঞ্জন :—অহুক রান্না ভাকপিত্রবস্থ পুন্নমক থংজরে,

মনি :—ঐনা হায়জবসে রারৌবিগম্থ, বাবুগা ঐগা মরূপ কায়ন-
নিংদহুনা ভৌবনি ।

রঞ্জন :—থংজরে – ।

মনি :— অহুদি

রঞ্জন :—লেংবিরো—( মনি থোকখিবা ) শেল থুমদগী মরূপ
কায়নবা—অহুদি— ।

## —Light off—

## ১বা মতাং

### ৬ শুবা উৎপা "অফিস"

( অফিস অমগী হোনবা টেবল চৌকি মকম চানা চানা
লৈ, টেবল মথক্তা ফোন, পেচিং, পেপরওয়েট, এস্ট্রে,
লো-বুক, অমসুং ফাইল অনি অহুম লৈ। থানা অমনা
পোং চৈ শেম শারি। ক্লাক অমনা মাগী মথৌ ভৌরি।
মতম অসিদা আই পি চংজকপদা মথোয় লোইনা
শেলুট ভৌই। )

আই, পি, :—চাওবা! নং ভরাংগী থবক অহু পাংথোকউরবরা— ?

কনস্টেবল : —পাংথোকচরুরে সার।

আই, পি :—অহুগা চাওবা হৌজিকী মতম অসিদি য়াম্না লুরবা মতমনি। য়াম্না চেক্শিন্না চৎকদবনি। মীনা শেল পীজগে হায়রবস্তু মুম্না ৱাখল তৌগদবনি অহিংবা শেল চাবা য়াদে তাব তারবরা ? (লো-বুক পাবা)

কনস্টেবল :—তাজরে সার—! (মতম অসিদা কোন তৌরকপা কনস্টেবলনা লানশিনবা)

আই, পি, :—হলাও—কমদোৱা—লুপা লিশিং অনি লাকখ্রে হায়বা—ফনি—য়াম্না থুনা লাকচৎরগে। হাই চাওবা ইমারজেন্সী য়াম্না থুনা থোৱাং তৌ। ৱাইফল অহুমগা বুলেট ১০০ গা থোৱাং তৌ য়াম্না থুনা—।

কনস্টেবল :—ফগনি সার (চংখিছুনা থোৱাং তৌরুরগা থোরকপা)

আই, পি :—চৎলু থুনা চৎলু [থোকখিবা]

## —Light off—

## ১বা মতাং

## ৭শুবা উৎপা "লক্ষ্মী" দুমিদ্দাংৱাইরুম

[রঞ্জন নোট মপুল অমা পায়দুনা চেনশিল্লকপা]

রঞ্জন —লুপা লিশিং অনি অহুমদি ফংলবা! মাগী মমিৎ লাইরেংবগী হিদাক লৈনবগা মপাগী কম্মীগদি ওক্লগনি (লাম্না পুলিসকী লেক্রি থোংবা অবা) পুলিস—!

পুলিস :—( মপুংদগী ) শোমদা চেনখ্রে, শোমদা চেনখ্রে।

রঞ্জন :—ঐনা হৌজিক তৌগদবা করিনো ? য়ুম য়োক্তিংঙৈদা লম্বী লমথাংদা ঐবু কাখ্রবদি পুরক্ক অরেম্বা ওইবা তারে—অদুগা য়ুমদা ঐবু কাবা থোক্লবস্থ মতুংনা অমুক হেন্না কন্নবা ওইগনি...... অদুদি শেল অসি য়ুমদা হাম্না য়োইহল্লুখিগে অদুগা কোন্না......( চেনখিবা )

পুলিস :—( ফিংনা থোরক্লুনা ) আদা চেল্লে সার।

আই পি :—চংলু খুনা তারৌ ( তারখিবা )

—Light off—

## ১বা মতাং

## ৮শুবা উজ্রপা ( মচুনগী ক্ষুম )

( বৃন্দা রাখল তৌদুনা ইমুংদগী থোরকই। )

বৃন্দা :—করিনো অস্থুক থেংলবফাওবা বাবুজীনা লাক্ত্রিবা অসিবু কদাই তাম্না চংখ্রবনো ? মী পুম্নমক্তি চাক ঈশিং চান্দুনা তুম্নহিপ্নখ্রে——করিনো ওসিগী মতৌ অসিবু করম্না খুজেংখিবা তারবনো......? ( বাদল চংশুকপা ) বাবুজী ! অস্থুক থেংলবফাওবা কদাইদা চংলুরিবনো ? মী পুম্নমক চাক ঈশিং চান্দুনা তুম্নহিপ্নখ্রে—হৌজিক কাওবা চাক

চাদনা বাবুজীবু ভাইহুনা লৈস্নিৰনি ( চংশিল্লকপা ) বাবুজী !
নংনা তুমিল্লা লৈস্নিৰবু করি তৌন্নবগে ?

বাদন :—বৃন্দা ! ঐদি নংগী বাবুজী নত্তে ।

বৃন্দা :—ও……তাদা ওইরে……তাদা ! বাবুজী উনরক্ত্রবরা ?

বাদন :—অকম পুন্নমক্তা কনা য়াম্না থিরুরে—অদুবু কংবা কৌবাদ লৈত্ত্রে—খংত্রে ইবেম্মা কদাই তাম্না চংখ্রবনো । ( পুনিমা চংঙকপা )

বৃন্দা :—তাদা ! খংত্রবনিনা করম তৌনি চাক ঈশিং চাহুনা হিপ্লিরুরো——?

পুনিমা :—বাদন——!

বাদন :—ইন্দোল ইবেম্মা—।

পুনিমা :—নংদি কদাই তাম্না থিরুরে—?

বাদন :—মাইল অনি অহুম্না কোয়বা লমদি কোয়না চঙুনা থিজরুরে—অদুবু মাগী লৈকম অসি শুককং কংথিত্রে—অদুগা তৌবগীদি অমম্বা সুংদাংনিনা……….।

পুনিমা :—চৎলো—চৎলো চাক ঈশিং চাথোকউরো । ( বাদন চংখিবা ) বৃন্দা—।

বৃন্দা :—ইমা—।

পুনিমা :—মহাকপু ওসি কদাইদা চৎকনি হায়রম্বগে ?

বৃন্দা :—ঐভোন্দদি থোইদোকপা হায়রম্বা লৈতে য়াম্না থুনা লাকনি হায়রম্মী ।

পুনিমা :—অদুগা মানা অশুক থেংলবকাওবা কদাই তান্ন

চৎখি্রবনো..........!

বৃন্দা :—অহুনি ইমা ঐনা খনজরিবা।

পুর্নিমা :—ইচাসিদি মরাইনা লাকচগনি। করিগুম্বা ভগাইফলবা থবক অমা লৈরহুনা লাকপা য়াদহুনা হল্লক্কব ওইরিগনি। মরাইনা লাকচগনি কদাইদবু চৎলমগবনো! চৎলো চৎলো অসুক থেংলবফাওবা চাক ঈশিং চাদনা লৈবা হৌনদে, চজিক এনখ্রগনি চৎলো চাথোকউরো (মহন থোরকপা) নপুক্লিংদা ক'রি অমতা রাকুগনু মরাইনা হল্লকচগ'নি লাও লাও (চংখিবা রাধা থোরকপা)

রাধা :—ইচে! চাক চাহুনা তুম্লবা তৌরসি।

মহন :—বৃন্দা! নংনা হৌজিক ফাওবা চাক ঈশিং চাদনা লৈরিববু করিগীনো? চাক ঈশিং মতম চাদহুনা নাহুনা তোকনি। নংগী বাবুজী শোইদনা হল্লকনি, করিগীনো নংনা অহুক য়াম্না রাকুরিববু?

বৃন্দা :—ডাক্টর বাবু ঐগী বাবুজী কদাইদা চৎকনি হায়রম্বগে?

মহন :—ঐঙোন্দসু করি অমতা হায়রমদে। লাকও চাক ঈশিং চাথোকলরো। রাধা! নচেবু ইমুংদা পুশিন্দুনা চাক ঈশিং পিজনবা হোৎনরুরো (চংখিবা)

রাধা :—ইচে! লাও চাক চাথোকলরো।

বৃন্দা :—চংঙম্মো ইবেম্মা লাকলগে।

রাধা :—অদুদি ইচে, ঐ চাক থাংদোকপিরমলগে চংঙকওকো (চংখিবা)

বৃন্দা :—বাবুজী মী পুম্নমক্‌দি রাকহু নংবু হল্লকস্রি হায়রি—অহুবু
( রাধাগা মহনগা থোরকপা )

রাধা :—ইচে, লাও চাক চাথোকজরো ; লাও চাকরসি, লাও
ইচে ( বৃন্দাবু পুশিন্দুনা চংখিবা )

মহন :—করিনো তৌরিবা অসিবু……, বৃন্দাগী মতৌ অসিগা…,
ঙসি রঞ্জনা তৌরিবা অসিবু করিনো………? কদাই
তান্না চংখ্রিবনো ? অমুক থেংনবফাওবা করি থবকপু
লৈহুনা হল্লক্লিবনো……? অমুক মমথ্রবা মুংদাং অসিদা
( রঞ্জন চংঙকপা ) রঞ্জন !

রঞ্জন :—মহন………. ।

মহন :—অমুক থেংনবফাওবা কদাইদা চৎলুরিবনো ?

রঞ্জন :—ঐ করিসু চম্ভে মহন……।

মহন :—নংনদি হল্লকপা কৌবা লৈত্রবদুদা বাদম খাতুন অমুক
থিহল্লুরে, অতুগা বৃন্দানা নং হল্লকপা ঙাইতুনা ঙশাইমখৈ
চাক ঊশিং চাদতুনা লৈরিবনি ।

রঞ্জন :—হৌজিক কাওবা বৃন্দাবু চাক চাত্রিবরা ?

মহন :—মরাম চংতুনা খেমতুনা হৌজিক্তা চাবা চংখ্রি—মত্তে,
নংবু কদাইদা চৎলুরিবনো ?

রঞ্জন :—বৃন্দাগী লাইয়েংনবগী ছিদাক লৈবনা শেনগা মাগী মপাগী
কর্ম শোয়বগা লুপা থরদং বেকতনা লোথোকপা জোহন-
রুবদগী মী অমা অমা ঊমতুনা থেংদোকখ্রবসি ।

মহন :—অতুবু অসুম থেংঙকনি হায়রবা য়াব্রা……?

রঞ্জন :— অশুথ থেংহন্নবনি হায়বদি কনানা থংবা ভমগনি, শে.. ....
লুপা লিশিং অনি চহুমনি — অহেনবা চহুম অদুনা নংনা কনবা
শিন্দুনা মপাশীংমক লাইদা থর কৎপিয়ু ( পীগে তৌবা )

মহন :—নঙোন্দা থবদি কৈদৌরবা......?

রঞ্জন :—ঐদি য়ুম অসিদা মতম খরা লৈত্তবা তারে—।

মহন :—কদাইদা চৎকদৌরিবা......?

রঞ্জন :—নংগুম্না লুনা ত্তিন্নবা সুংশিংথ্রবা মরুপ অমা থৌরাং
লোইরে ওসি সুংদাংমক থোকহনবা য়াই হায়না মী অমনা
লম্বীদা হায়রম্মী অদুনা..........।

মহন :—ফরে ফরে চাক ঈশিং চাথোকলগো তুম্মুরসি।

রঞ্জন :—মহন! ওসাদ ঐ চাকসু কয়া চানিংদ্রে চায়রোই।

মহন :—হৌজিকপু কদাইদা—?

রঞ্জন :—ঐ আদা লৈরুবা তারে।

মহন :—ঐ থংঙে অদুবু বৃন্দাগা অমুক্তদি।

রঞ্জন :— উনরোই মহন! মতম থেংখনবনি। মাসু তুমজহৌরসমু—।

মহন :— অদু......মহাক তুমলমখিরোই—।

রঞ্জন :— তুম্বা তুমদরুন্নী রা নত্তে। হৌজিক মহাক উনরুদুনা
করি কায়গনি। মতম থেংখিনবনি। পুন্সী অসিমগী
উনররোই হায়বসু নত্তে। নোংম নিনিদনি, অদুগা
নংনা বৃন্দাদা ফনবা অদুম তম্বীয়ু। অদুগা ঐনা নংগী
নকমদা হায়জয়মগদবদি নংনা ঐবু মরূপ্নি হায়না থল্লবদি
ঐ লাক্তিক্লাওবা নংনা ঐ শত্রুনা বৃন্দাবু শেয়বিরম্মু।

হল্লা য়েংবদা মাগী নুপী হায়বা করা উত্রবা মরাইরেক খিরবিনি। নংনা মাগী পুক্নিং কুংশিন্নগনিকো মহন......। নংবু ঐনা মক্লগনি ঐরঙ্গি থন্নবা বৃন্দাবন ঐনা নংগী নথুংতা শিগরবগনি। ঐনা নিংঙ্গারা পুগরকসি থুংহনবিয়ুকো মহন—। ঐ চৎলে.......। (চংথিবা মহন য়েংহনা লৈহৌবা)

## —Light off—

## ১বা মতাং

## ৯শুবা উন্দপা "গ্রাম পথ"

(মতম হুমিদাং আইপি অমসুং দারোগাগিনা জায়বগী মওংদা মরুপ ফিংনা চেনশিনকপা)

মরু:—ফাইদবো ঐনা লোংকনবা অসি করাইদনো? (লেঙ্গি মথোল তাবা) পুলিস—। (চেনখিবা)

আইপি:—(খোরকুনা) লৈরক কংদাক্রা চেনখিদ্রবনো নখোয় উহৌত্রা......?

কনস্টেবল:—অরেপ্পদি থংজহেরে সার অতুপা জৌবরীদি লম থাপ্পদি।

আইপি :—কদোমদা চেনখ্রিবনো মুক্না পিয় ।

কনস্টেবল :—সার আদা চেক্লে কদোমদা কাওহনা চেনখ্রিবনো ?

আইপি :—কনাই—কাইয়ার কাইয়ার (কনস্টেবলনা নোংমৈ কাপ্পদা অরাপ্পদা রজনগী মখোংদা পানবগী খোজেল তাবা অমসুং তুখিবগী শউন কংবা )

কনস্টেবল :—মখোংদা পান্দুনা তুরে সার ।

আইপি :—মশন পায়রুনা চিংঙকউ চৎলু থুনা চৎলু ।

কনস্টেবল :—ফগনি সার (খোকখিহনা মশম পায়রুনা চিংশল্লকপা) মসিনি সার ।

আইপি :—( মুক্না য়েংলগা মখজাইদা থুপাক্না থারুনা ) ইয় ! হুরানবা……থবক্তি শু.নিংত্রগা………হুরানবা ! চাওবা হেল্লকপ চৎশিল্লু ( মথুং পুনশিনবা ) চৎলু হুরানবা অসি হোরেন Office য়োরগা মতিক চাবা দত্তি পীগে । ( চিংহুনা পুখিবা )

## —Light off—

## মধ্যান্তর

# —Interval—

## ২ শুবা মতাং

### ১বা উপ্পা

—লম্বী—

মহন :— ( রাখল ভোনা থোরক্তুনা ) করিনো ভারিবা পাও অসিবু ......করিগুম্বা অহুম্বা ওইরম্লবদি.......থাদি থাজখিত্রেদা।

বাদন :—( মঙ্গুংদগী ) ইবুংঙো ! ইবুংঙো ! ( খোয়কপা ) ইবুংঙো।

মহন :—করিনো বাদন করি হায়বগে.......?

বাদন :—করিগুম্বা রা অমতং ইবুঙোদা হায়জগে ভৌবদা কাওহৌরহুনা ভায়জরকইবা।

মহন :—করি রানোনে .........?

বাদন :—ওরাং থুম্মিদাং অথেংবদা থানানা হুয়ানবা অমা তারৈ হায় মচু করিগুম্বা রঞ্জন..........!

মহন :—তুমিল লৈয় বাদন। অরেপ্পস্থ খংদনা অদুগুম্বা রা অহুবু...........।

বাদন :—অদুদা ইবুঙো.........।

মহন :—অহুদা নত্তে, মশিগী রা অসি শুকপ্পাং ভাংগদু নখোয়না খল্লিবদো অরানবনি। রঞ্জন পিশক পিকলিতৈদগী তিম্মরকপা মীনি, ঐ মাগী মরহদা রাম্না মুম্না থংতি—।

বাদন :—ননাই ঐন। হঙ্গৎহৌবদি অসিনিমা—। অহুদা করিগুম্বা ওইরম্বা থোক্লবদি ইবুঙোনা লেপ্পা তাগত্রা। হয়েং করিগুম্বা কত্তমুংদা..........।

মহেন :—করে মহুন। অচুবা, [illegible] খোঙ্গাইদি মুপা। লিশিং অম-
য়োমদি হিদা। দৌদমক শিজিন্নরগা, অতুপা মরু ওইনা বৃন্দাগী
[illegible] অমদগু
অমদগু হোংদোক্লরোইসি, হয়েং থবক্না অরেপপা খংলগা
ভাংনসি। রা অসি বৃন্দাখোয় ইমাখোয় গুকতা তাহনবা
য় দে। কন্নিগুম্ম মীপী মচিন্দগী তাইঙ্গু না নৌন্দা হংলকপা
খোঙ্গবগু কননবা শেংম শাহুনা থুমগদবনি। নত্রবদি মুপী
অভাং হায়বা অসিদি করিগু নতুহদা রা-রা লাউহুনা
ঐখোয় পুম্নমক চেন্নরকপা যাই খংলবরা ?

বাদন :—খংজরে..........।

মহন :—অচুদি নং যুমদা চংলগো ঐগু অফিস ভাইছাক কাল্পগা।
হুনা লাকে—

( নাকল অমমমদা চংনখিবা )

# -Light off-

## ২শুবা মতাং

### ২ [illegible] ভাগ পা—"অহনবী [illegible]"

( পুর্নিমা শদজেং শাংহুনা লৈরবই )

পুর্নিমা :—বাদল ! নংনা হায়রিববু করিনো ?

বাদল :—( ইমুংদগী থোরক্‌না ) ঐনা হাক্কবদি অসিনিম ইন্দোল ইবেম্মা, থা মতা তরুক কাঞ্জিরকলকা ওবা যপাউ কংখিদনা মঙ্গনবু মশক উখিজ্রিবা অসিবু কদাইদা চংথ্‌রবনো হায়হুনা..........।

পুর্নিমা :—মহু নত্তেদা বাদল, অচুম্বা রা হায়মুদ'......। নংনা ওপাই বৃন্দাদা প্রধান পাঙ্গে ওইবা রা খর হায়বা অহু করিনো হায়বা রানিদ ......।

বাদল :—হে—মহুদি ইন্দোলইবেম্মা—আ.... .........মানা মঙ্গনগী মরমদা রা খর হংঙি মহুদ, ঐনা কাগী তৌহুনা পংতাং-তাংবনিদ্দা.........। নত্তে ইন্দোল ইবেম্মা ওসি করিগুম্বা রা অমতা হংজগেনা ?

পুর্নিমা :—করিনোনে——?

বাদল :—ইন্দোল ইবেম্মা মুখ পানবা হায়রবসিবু করম তৌবগে ?

পুর্নিমা :—হ......হ.......হ.......নং মুখ পাঙিংলবরা ?

বাদল :—হে......হে......কদাইদগী......।

পুর্নিমা :—অহুদি করি মরমগী হংলিবা——?

বাদন :—চুম্না থংজনিংহুনা হংজবনি ।

পূর্ণিমা :—মুথ পানবা হায়বা অহুদি হুপী মহা থিজুনা লাইগুরু-
শিংগী সেবা তৌহুন মুম পুবা ওয়বা হোৎনবা অহুবু
মুম পানবা কৌই ।

বাদন :—হ,···হা···হা···অহ্ ওইরে ইলোন ইবেম্মা·········?
অহুদি হুপা খুদিংমক মুম পানবা হেক্তা য়াবরা য়াদবনু
নৈবরা······?

পূর্ণিমা :—করিনো মসিনা হায়রিবসিবু, অত্তে নংবু মুম পাম্নিং-
লবরা ?

বাদন :—হে—চুম্না থংজনিংহুনা হংজবনিমা আ·······হা········হা
হা······য়া-র-ব-দি ঐখোয়মু·······চাং অমুক্তং·······।

পূর্ণিমা :—ইমা-মা হোৎজিক্তা মখোল শেংলকইবসি হা······হা······
হা·······নত্তে নংনা থয়াইনা ভাজবা হুপীবু নৈজরবরা ?

বাদন :—ঐনা পামজববুদি অমত্তা নত্তনা তম্বা থোক্তা পংনৈ
নৈয়বনিমা······ ·········অহুদা ঐবু পাম্বীবা হুপী থিবদা
য়াজরিবনিমা—।

পূর্ণিমা :—অহুক য়ানা থয়ুরবমু নংনা পাম্বা হুপী অহুমী মনাক্তা
হেক কপলুরোদনা ।

বাদন :—অহুদা ইলোন ইবেম্মা, মুপা ওইবা ঐনা মত্তৌ করম্না
······অহায়ো·······।

পূর্ণিমা :—করিনোনে—?

বাদন :—ঐখোয়গীদা নৈরিবা·······আ·······।

পুনিমা :—কনাবু·····?

বাদন :—অহা···হা·····হা·····বৃন্দা·····অসি বু·····য়া···

খা···ক···অয়োইদ্রো ?

পুনিমা :—ইয়া-ইয়া—।

বাদন :—[illegible]না 'কাপি লপাই তৌবদদি মাগী হয়াও হয়াও

[illegible]···

পুনিমা :—হাই অঙাওবা তুমিল নৈয়—, 'পুক্নিংগী রাষ্টি অশেংবা খাইদবা রঞ্জনগী রাস্থ ঙাদবা। চাবকপু অত্তবা নীগী মচা অসিবু এৈনা হেক ওমত্রা—? মাগী বাদিনে রঞ্জন লাক্লগা··· থংলবয়া······?

বাদন :—হোই অহু রঞ্জন লাক্লগদি·········।

পুনিমা :—হোয়নে হোয়নে কোম্পাক লোথোকউরো—কৈথেল [illegible]দি—অদুগা মংগী অকবা পাও অমা তম্বীগে—।

বাদন :—কমি ইশৌল ইবেম্মা। (ইমু দা চংখিবা)

পুনিমা :—হা···হা···হা···মসিনা তৌজপারিবসে বৃন্দাগী অপাকা তৌরিমাল্লে। অঙাওবা···, বাদন! বাদন। (বাদন কোম্পাক 'পূহনা চংওকপা) বাদন! নংনা বৃন্দা পান্থী হায়রিবসিবু করি কারগদগে মখিৎ ঙাংবী অসিবু।

বাদন :—হু···হু·····হু·····ইশৌল ইবেম্মা! মখিৎ ঙাংলবদু হুপীদি হুপীনিদন—।

পুনিমা :—(নোক্না) লাও-লাও কৈথেম্মা থৌদাংখ্রা হৌবিগে (পুনিমা থোকখিবা)

বাদন :—সুপীবু কৈখেল্লা খোকপরা য়েংবিগেসে………. …ঐবু অঙাংবোঁরা……..থবক শিজিন্নরবা লাইদি বাদন—বাদন।
মথোন্দি ইশি হেক শিরদনা ; ঐনবু রা অমত্তং হাংজরবদা কাগী হেক্তা ভাইমধা। ভোঁনখ্ৰেদা মনাইগী মশোক……
( শাওনা খোকখিব, বৃন্দা খোরকপা )

বৃন্দা :—( খুদোপ মায় মারন্থনা ) বাবুজী! বাবুজী! খা মঙা তন্নাক গুজিল্লকলকাওবা বাবুজীনা ওকলীক লাক্তিব্রা অসিবু কদাইদা চৎখ্রবনো? ( রাধা ইমুংগী খোরকপা ) বাবুজী! বাবুজী!

রাধা :—ইচে! নংনা হুমিৎচুপ্পা বাবুজী বাবুজীদা হাঞ্চনো কৌরিবা অসিবু করিগীনো?

বৃন্দা :—মহাক কৌজ্ঞভৈদগী খা মঙা তন্নাক অদি মিংকুপমুক্তা য়োনা ঐগী পুক্নিংদা হুংঙাইবম থংগেনে।

রাধা :—ইচে! নংগী বাবুজী নোংমদি শোইদনা লাকনি—করি অমত্তা রাক্লগনু ইচে—।

বৃন্দা :—মখোয় পুন্নমক্কদি লাকনি হারুহ্ হায়রি। অদুবু বাবুজীনদি ইলাক লাক্তমলিদা………হায়না হায়না খা মঙা তন্নাক হোৎখ্রেদো………।

রাধা :—শোইদনা লাকনি ইচে, অং-ইচে। ঐ রা অমত্তা হেজেদো—? নং খেংনা তাকদরা—?

বৃন্দা :—হক্তু করি য়ানো……!

রাধা :—তাগো বাবুজীনা নংপা অচিন লোপ্থা খোরকরা?

বৃন্দা :—খোক্ৰদে—।

রাধা :—মহ্ ওইরবদি নংনা মাণীবমক্তা অহুক্ রাখিবদি কনি-
ঙীবো ? হা ইবে—।

বৃন্দা :—রাধা নংগী তাবো ডাক্তর বাবুনা ঐগী য়িং অসি কৈদৌউ
হাংদোকনি হায়রম্মি—।

রাধা :—ওসি হাংদোকনি হায়রবী। ওসি য়িং উরগনি হায়
( মহন চংওকপা ) ইবে ! নং ঐখোয়গী তামোদা লৈরোনা,
ইবেগী মহক্তা ঈনবা কৌনবা !

মহন :—রাধা—!

রাধা :—ইবে তাবো লাকলে।

মহন :—রাধা ! টৌড়িবগী ঈ শিং অকবা থরগা ঐগী টোগ মথক্তগী
হিদাক থাও অহুগ আলমিরা মচুংদগী লথিং অঙুবা
থরা লৌখোকউচো ( রাধা চংখিবা ) বৃন্দা ! ওসিদি
নংগী মমিং শোইদনা উরগনি।

বৃন্দা :—ডাক্তর বাবু ঐগী মিংতি উবা কংলগনি। অহুবু ঐগী
বাবুগীনি লাক্লে—! ডাক্তরবাবু ! মহাক কদাইদা চৎলম-
গনি ? ঐতোন্দা অযুক্তা হায়রিবু।

মহন :—ইবেথা ! ঐনা নতোন্দা ইকৎতবনা হায়রিবা অসিনি।
মাগী মমা অতোপ্পীনা পোকপা মনাও চুপা অমা
কপকটাদা নাহুনা লৈরে—, মহাকপু লৌখোকনি হায়দুনা
চৎখিবনি। অহুবু থংহে ইবেথা ! ঐহু মাগী লৈকম
অসি কোইথি থিঁইরনি। অহুবু মাগী থংব-চায়রম্মী

পুরকপু থক্তে উদেনা হায়রো, ঐ পাও থক্তা কংবা কৌনা লৈখিরে...........।

( রাধা পোৎশিং অদু পাযদুনা থোরকপা )

বৃন্দা :—মথোরগী বুধদি হংদিকয়বরা—?

মহন :—( থবক তৌনা তৌবা বৃন্দাগী মেসেজ, দশিংনচিংবা তোংবদুনা ) হওরে, অদুবু মাগী মর্মাতোয়দি খাঁবু Calcutta দা চৎদু হায়দে হায়রকই—। ( মেসেজ পোথোকপা হৌবা )

বৃন্দা :—অদুদি বাবুজীনা চৎব্রিবা অসি কদাইদা ওইরগনি।

মহন :—অদুনি ঐনা থজিবা বৃন্দা—। মং করি অমতা রাগদু—ঐনা কংনবা থিগনি ( মেসেজ পোথোকপা পোইরদুনা হিদাক অমা মথিংতা হাপচিনবীবা ) ইবেম্মা! পাং-থোরকও করি অমতা চিংনগদু—।

বৃন্দা :—ডাক্টরবাবু—!

মহন :—থোইদনা উরগনি, ইবেম্মা—! পাংথোরকও!

রাধা :—ইচে—! পাংথোরকও—! ( বৃন্দা তপ্না তপ্না পাংথোকপা, উবগী মতো উৎপা )

বৃন্দা :—ডাক্টরবাবু! ঐ মিৎ উরে—! রাধা ইচে মিৎ উরে—! অদুবু ডাক্টরবাবু, পুরবক উবা কংদে, ঐনা তৌরিবা অসিবু মংলা তাইবংদা ঐ মিৎ উবা কংনবনিকো—! পুরবক উবা কংনবনিকো—! অদুবু পুরবক্তি উবা কংদ্রবা ঐগী বাবুজীদি উবা কংজরে—। ডাক্টরবাবু!

ঐগী বাবুজীবু উবা কপবা মিং অদিদি ফজিকায়গনি।

অরেম্বনি ডাক্তরবাবু ঐগী মিং অসি উহনবিয়গন্নু —।

মহন :—বৃন্দা —!

বৃন্দা :—ডাক্তরবাবু ঐগী মিং অসি করনম্নু বাবুজী লাক্লিরবা

কাওবদগি মিং অসি পাংথোকচরোই।

মহন :—বৃন্দা! মত্থৌদে। নংগী-বাবুজি শোয়দনা লাকনি।

বৃন্দা :—ডাক্তরবাবু! নংগী কৃপাদগী মিং অমুক হন্না ফংজরে। নংনা চানবীরবদি ঐগী বাবুজী অমুক্তা উহনবীয়ু। বাবুজী-নী মশক অদু মিংকুপমুক্তা উজনা ফংলগা পুন্সিদুম্না মিংতাংবা তারবন্নু মহুদা ঐনা করি অমতা চিংনজবা লৈজরাই—। চানবিরকপগী চানবিবা ঐনা নিংজরিবসি অমুক্তা থংহনবিয়নে ডাক্তরবাব—! (মখোংদা তুশিনবা)

= Light off =

## ২ শুবা মতাং

### ৩ শুবা উৎপা "কেক"

( মহন রাখল ভোৌরদুনা লৈরম্মী, বাদন চংঙকই )

মহন :—করিনো বাদন — ?

বাদন :—ইমা ইবেম্মনা অমুক্তা ……… ।

মহন :—অসিদা লাকপিয়ু হায়য়ু। আ…… বাদন — !
ইমুংদগী chair অমত্তা লোথোকলম্মু, অদুগা টেবল মথক্তগী হিদাক থাও অদুগা পায়খোরকউ পোৎ অমত্তা য়েংগে ( বাদন্না চংখিদুনা chair গা হিদাকথাওগা পুথোরকপা ) ঐ অসিদা করিগুম্বা অমা ষেংহোরি হায়য়ু য়ারবদি ইমা অদো অসিদা …… ।

বাদন :—কনি ইবুংঙো ! চহি অমা অনি হেক্তিল্লকলকাওবা রঞ্জন্না শুকন্নাক লাকখিত্রিবা অসিবু করিনো ? থংদেদা রঞ্জন অদুবু শিখ্রবরা— ?

মহন :—মত্ত ঐস্থু খল্লিবনি, মহাক ওইরমগদ্রা। চিংনরম্বা হুরানবা অদুস্থু মহাক নৎলমদ্রে, হুরানবা অদুদি চীংদা লোৎ-লম্বদগী কায় হায়দুনা খবরদা হাপখিবা চহি অমা হেনজিলকলে। হুরানবা অদুগী মমিংস্থু মধু কোৌই হায়বদাই।

বাদন :—হোয় মধু কৌমালে রঞ্জন্দি নৎখিদ্রে,' খবরদা য়াম্না

নিংখিনা ইথি মাগী মিয়াদগী চহি মরি ওইরারে—।

(বাদন চংখিবা)

মহন :—রঞ্জনা চংখ্রিবা অসিবু কদাইদগে ? চহি অনি কাজিল-লকলকাওবা মশক শুকউ-উখদ্রবা অসিবু কদায়দা লোংহুনা লৈখ্রবলো—? লৈশাবী অমা ঐগী য়ুমদা থমজিনবিরম্বগা মানা তৌখ্রবা মতৌ অসিবু—।

(পুনিমা চংলকপা)

পুনিমা :—ইবুঙ্গো—! ঙসিদি ইমাগা রা অমা চপ-চান্না ঙাংনসি। নংগী মরুপ রঞ্জন হায়বা অহুন তৌখ্রবা অসিবু করিনো -? লাককদ্রা লাককদ্রা হায়দুনা মাবু অমুম ঙাইদুনা লৈরক-পানি। অহুবু চহি অমা অনি হৌখ্রদে, মসিদা ঐ-খোয়না তৌগদবসি করিনো ? বৃন্দা অসিগুম্বী মচা পিশক ওইদুনা চহি মঙা তরা লৈবরস্থু করিস্থু বেরা লৈতে। অদুগা মানদি লৈশাবী মপুং ফারবনিনা মীগী মীনোক চংলক্নদো। ইমানা হায়বদি অসিনি য়ুমদা লমলানবী লৈশাবী অমা থম্বসি মীগী মিংয়েংদা খরা ফজদে। মরম অহুনা লৈকায় মীনেক চংত্রিবঙে বদনাম চাত্রিবঙে অসিনা মতিক চাবা হুপা অমদা থাজ-য়োন-জখিনবা তৌরসি। মহাক্ন ঐখোয়গী ইমুংদা চা-থকপা অসি চাহন্নিংদহুনা অমদি পাম্মহুনা তৌবা নত্তে। ইমানা হায়রিবা অসি মমুংগী ভাব অসিগীদমক্তনি।

মহন :—অদুদা ইমা রঞ্জনগী বা তাদনদি মতৌ করম্না… !

পুনিমা :—চহি অনিরোম ঙাইরেদবা—অসি কাওবা লাক্লবদি ঐখোয়না মহাক্কী মমা মপা শক্তুনা মাগী কনবতা খন্দুনা মতিক চাবা হুপাদা থাজববু করি দোষ লৈবগে। মা ঙাইরিবনি হায়দুনা অমুক চাওরবা লৈখাকীব যাইরি কোন্দুনা খম্বগুম খম্বা য়াত্রা — ?

( রাধা থোরকপা )

মহন :—ইমা—! ইমানা খনবিবদি লম্বী অমত্তনি । নচা ঐদি মাং তুং য়েংদুনা লম্বী মরি মঙাগী মিৎ উইশিন্দুনা য়াম্না মুম্ন রাখল তৌরিবনি।

পুনিমা :—নংনা খল্লিববু নংগী মরূপ অদুনা নঙোন্দা। শিয়রমে অদুনা বৃন্দা। অসিবু থাপ্না অমুক থম্নরোই, পুম্নো অসিমগী ননাক্তা লেংদনা থম্বগে অসিরা—? মচুমু ইমা করি অমতা হায়দে; মচুনদুম থোইনা হেন্না রাই শংলে হায়বদি অমুক মানা মতিক চাবা হুপী থিরুত্রবসু নংসু পাখং অমনি, মাসু লৈশাবী অমনি করিসু অকাইবা লৈতে।

মহন :—নত্তে নত্তে মচুগী রাকম নত্তে ইমা! নচা ঐগী পুক্লিংদা মচুগুম্বা আশা লৈরমগনি হায়বা খক খনবিরুগদু। রঞ্জনা ঐগী ইকমদা য়াম্না লুনা শিয়রম্বা অসিদা করিগুম্বা মহাকী পুক্লিংদা রাখল অমা লৈরমগত্রা হায়না ঐনা চিংনবদগী থবক পাংথোকপা ইওম ঙমদদুনা তৌবনি।

পুনিমা :—রঞ্জনগী রাখল হায়বদি বৃন্দাগী মকমদা মহাকী আশা অসিরা............?

মহন :—হোয় অচুনি ইমা—।

পুর্নিমা :—হে……মচুগী রাকম ওইরবদি নংনা খল্লিবদো পুংশোই-শোইরে। রঞ্জয়া বৃন্দাগী মকমদা নত্তবা কৈরেংনবা করি-গুম্বা আশা অমত্তা লৈতে। লৈরবদবু মহাক্না অসুক কুইনা লোত্তুনা লৈবা হৌনবরা—! রঞ্জয়া বৃন্দাবু ঐখোয়দা পুশিল্লকপদি চুন্না মচা-মচা অমা ওইনা মাগী মমিৎ তাংবা অসি কহল্লিংহুনা পুরকপনি নত্তবা রাখল অমত্তা লৈতে।

মহন :—অদুবু ইমা! মপান্থোংগী লমচৎ-শাজৎ খর উরগা মী অমগী পুক্লিংবু মী অমনা অরেপ্পা হায়বা ঙম্বা হৌনবরা—?

পুর্নিমা :—অদু অদা খংদে মহন! ইমানা হায়রিবা অসিনি। ইমানা খল্লিবসিনা অচুম্বা শোয়দনা ওইগনি। রঞ্জনগী মপুক্লিংদা নত্তবা আশা লৈতে। অদুনা ঙসি মঙানি তরানিগী মমুংদা মতিক চাবা মুপা অমা থিরগা বৃন্দাবু থাজ-য়োনজদবা য়াদে—।

রাধা :—ইমা! ইচে বৃন্দাবু অত্তোপ্পদা অমুক লুহোংঙ্গবসু ঐখোয় ভামোগী ওইনা হেক্তা………।

মহন :—রাধা—!

রাধা :—হা ইমা—অচুনা কৈদা………।

পুর্নিমা :—নংগী ভামোদা হংঙু ইমাদি খংদে। নং ভামোগা য়ানবা ঙাংনৌ। (খোকখিবা)

রাধা ঃ—তামো ! তামো ! নং য়াম্নোকো। ইমানস্থ এঙোন্দা শিন্নরম্মে—তামো ! নং য়াম্নোকো—ইচেবু অমুক থাদোক-পিথ্রস্থু— ।

মহন ঃ—( নোক্তুনা ) রাধা— !

রাধা ঃ—তামো ! নং য়াগে য়াও য়ারোই তোকউ—ঐদি ওসিদগী টচে বৃন্দাদা শিংগো অমা হোংলগদৌবনি। হোংলগেকো তামো ! হো°লুরগে..........হোংলুরগে তামো।

মহন ঃ—করি হায়না—?

রাধা ঃ—হেরা তামো করিবু হায়না হোংগদবনো—আ—আ ইনম্মা— !

( চেনশিনখিবা মহন্না "রাধা" হায়না তান্নখিবা )

# —Light off—

## ২শুবা মতাং

## ৪শুবা উতপা—"কুঞ্জ"

( রাধা ইমু'দগী খোরকপা )

রাধা :—( স্বগত ) ওসিদি ইনম্মা হায়না হেক্তা কৌরগে শির—শি চংঙ—চং ইনম্মা হায়না হেক্তা কৌরগে। ( বাদন চংঙকপা। )

বাদন :—রাধা— !

রাধা :—কর্ি হায়বগে তা-বদান—।

বাদন :—ঐনা হায়বা রাদো মঙোন্দা হায়বিরবরা ?

রাধা :—কনাদা— ?

বাদন :—কাওরবরাউ—।

রাধা :—এ···এ···হায়বিরে হায়বিরে—।

বাদন :— হায়বিরবা—, অদু মানদি করি—হায়দি হায়— ?

রাধা :—থংদে শুকথুম থুমদে, ইশি শিনা পংনোক্তা নোকই।

বাদন :—নোকই হায়বা রাধা—, ইহি—ইহি···।

রাধা :—তা বাদন ! নং ইচে বৃন্দানা নোকপা অদু য়েংনিংবরা ?

বাদন :—য়েংনিংঙিবো রাধা—।

রাধা :—কৈ য়েংহনগনি। অদুদা তাবাদন, ইচে বৃন্দানা বা অমা হায়নে, নংনা মাগীদমক পাওদর, স্নো, এসেন্স কৈবি রককত্রবদি নোকওই হায়—।

বাদন ঃ—অহুবুদি লৈগে—লৈগে।

রাধা ঃ—অহুবু লৈরবদি মানা শোইদনা নোক্লগনি অহু ঐখোয়গী খোংগাল ময়াসিদা কম্মিবা চুকান অসিদগী হেক্তা লৈরুরসি। নংগী শেলবু লৈজবরা—?

বাদন শেলগী করি চিংনবগে—শেল লৈজ্রবসু মাগীদমক্তনি হেক্তা শোৎলগা লোইরে—। (রাধা বাদন খোকখিবা, ডাইহাক লৈরগা বৃন্দা ইমুংদগী রাখল তৌরহুনা খোরকই অহুগা চেয়ারদা ফমই।)

বৃন্দ করিনো চহি অনি হেল্লিন্নকল কাওবা বাবুজীনা শুকলাক লাকত্রিবা অসিবু........, শিবু শিখ্রবরা—? নত্রগা মকম কদাইদা লোত্তুনা লৈখ্রবনো—? মহাক্না ঐবু চান্নবা কাওগ্রবরা? অয়ুকী মুমিদাংগী মুমসিদা ঐবু খাজ-য়োনজবগী রাতা ডাংনখ্রে—। করিনো ঐনা হৌজিক তৌগদবা অসিবু...........! ঐদি ইমুং অসিগী কনাসু নত্তেকো..........! লমলানবী নিঙোন অমনিকো—। ঐনা অশুম লৈরবদি অঙাংপিশকমক্তি নত্তবনিনা মীগী মীনোক মৈশা লাংগনি। নোংমদি শোয়দনা বদনাম খোরক্তনিকো। পুম্নমক অসি খোক্তিগ্রৈগী মমাংদা ঐনা তৌহোগদবা উপাই অসিবু.........! যুম অসি থাদোক্তুনা চৎশি হায়রবসু হন্না য়েংবদা ঐগীনি হায়বা কনা উত্রে; বাবুজীসু হন্নক্তে, (মমিৎ উইশিন্দুনা খুদোপ মাবা) বাবুজী—! বাবুজী! (রাধা বাদন চংঙকপা) নংবু হন্দক মপোক

অসিমগী হল্লকলরোইদ্রা—? বাবূজী—! নংগী নশক অছুবু অমুক্তং রেংজগে খনজরিবা ঐগী আশা অসি নিংবা থুংদনা অসুম তোক্লগদ্রা—?

রাধা ঃ ইচে—!

বৃন্দা ঃ বাবূজী ! বাবূজী !

রাধা ঃ ইচে—! ইচে—!

বৃন্দা ঃ ( মমিৎ পাংথোকলকলগা ) রাধা—! করি হায়রগে—?

রাধা ঃ করিনো ইচে, নংনা অমুকন্থু নংগী মাইথোংদা হরাওনা নোকপা উই। অছুগা অমুকন্থু অরাবা রাখল খন্দুনা বাবূজী বাবূজী হায়দুনতা লৈরিবসিবু নংবু ঙাওরবরা ?

বৃন্দা ঃ—রাধা—! ইচে করিগী ঙাওগদগে ! ঙাওদবনা ইচেনা মতম পুম্নমক্তা অরাবা সুংঙাইবগী রাখল্দা লুপ্লিবসিবু থাজৈশেংনা ঙাওরম্লবদি অসি য়োৌনা রারমগদ্রা—? করিগী চিন্তা পকদবা.........!

রাধা ঃ—নমিৎ হেক পাংথোকপগা হরাও হরাও হেক উবা, নমিৎ হেক উইশিনবগা হেক রানা উবা মদু করিগীনো ইচে ?

বৃন্দা ঃ—অচুম্বনি রাধা—! মিৎ হেক পাংথোকলগা ঐগী পুক্নিংদা কনাগীমু রাবা লৈতে। মিৎ হেক উইশিললুবদা বাবূজীগী রাখল্লা নুংগী মুত্তিগুম লেপত্তুনা লৈরিবনিদো রাধা ! মাগী সুংশিবা মরাইহে খোনফম অছুত্তা নাকোং অসিদা তত্তনা তাইদো। ঐ পোৎখাকম খংদে রাধা।

রাধা ঃ—অছুদি ইচে অরাবা রাখল খন্নবা নংগী মিৎ অছু

শুকউই-উইশিল্লুরগমু। অদুগী শরুকপুদি সে—ইচে
( পাওদয়নচিবা ঙশাই মখোয়না লৈরুবা অদু পীবা )
তা বাদন ! মিংশেন লোথোকউরো—? ( বাদন চংথিদুনা
মিংশেন লোথোকলুবা )

বৃন্দা :—মসিদি কর্ম্বনো রাধা — ?

রাধা :—ইচে—! মসিনা মায়দা তৈনবা স্নো, মসিনা মায়দা থানবা পাওচর, মসিনা মনম মুংশিবা থাও এসেন্স হায়বা অদুনি —। ( বাদনগা রাধাগা লোয়্না লোয়্না ইঙ্গিত তৌনদুনা নোকপা )

বাদন :—মিংশেন শিদা লৈরে ইবেম্মা। ( পীবা )

বৃন্দ :—মসিনা মায়দা তৈনবা স্নোন হায়বা ( তৈবা ) মসিদি মনম য়াম্না মুংশিনা —, অদুগা মসিনা মায়দা থানবা পাওদরনি হায়বা ( হেক থাবা ) মসিনা অমুক হেন্না মুংশিনহৈ হা-হ-হা- মসিনা কোক্তা তৈনবা মনম মুংশিবা থাওনি হায়বা —।

রাধা :—মানি ইচে এসেন্স হায়বা অদুনি।

বৃন্দা :—( থাও অদু খুবাক্তা হাপ্পুনা মনম নম্মগা তৈবা ) নখোয়গী য়েসে হায়বা অসিদি মনম য়াম্না মুংশিনা— তাবাদন নঙোন্দম্রু থাবিগে কজবয়া য়েংশি ( বাদন চংশিন্দুনা )

বাদন :—ঐগী শক মতা অসিদবু ... ... ...।

বৃন্দা :—কজনিদা — ! ( পাওদয়না মখয়কাওবা তৈশিনবা অদুগা নোকপা )

বৃন্দ :—কজরে কজরে তাবাদনগী শক অসিদি ওস্থোক্লা কজরেদা —!

বাদন :—কদাইদগীনোদা — হা — হা — হা — !

বৃন্দা :—পোৎশিং অসিবু কনানা লৈবিরকইবনো ?

বাদন :—ইবেম্মগীদমক্তনি হায়ন্থনা ঐনা ... ... ... !

বৃন্দা :—তা-বাদয়া — ?

বাদন :—হোয় — ।

বৃন্দা :—অদুদি তা-বাদন, য়ায়া মখক কজবা ইনস্মা অমা ফুং-জোকো ( বাদন "ইশ" হায়বা ) মসিপুন্নমক অসি লৈ-রকলিবসিবু কন্নিগীনোনে তা-বাদন — ?

বাদন —হা—হা—হা— মত্ত পুন্নমক অদু তৈরে থারে হায়রগা ইবেম্মগী চেংলো শক অদু পুক্লিং হনা নিংথিজরে হায়রগা মিৎ পেন্না য়েঙনিংহুনা ।

বৃন্দা :—কন্নি হায়বা ত-বাদন ! ঈশ্বরগী থৎখেম অদুক নিংথি-জগুবা উনশা অসিদা উকুল রাইফুলগুম্মবা অসি তৈশিল-লগা কন্নি কায়গদগে ? শক কজনিংঙিবনি হায়হুবা শেলনা শক কজহনবা ঐহাক পামদে, সে পুবিয়ো — !

( শাওরগা পীবা )

বাদন :—শেল্দোং তানবা হায়ববু মহৎ মাংলেদনা — । ( পোৎশিং অদু পুহুনা শাওনা চংথিবা )

রাধা :—ইচে ! নহাকপু ঐখোয় ইমানা লুহোংবিয়নি হায়দো

নহাক তাবরবা ইচে — ?

বৃন্দা :—তারে রাধা — ।

রাধা :—অদু ইচে ঐ না অমা হায়রগে নং য়াগম্লা - ?

বৃন্দা :—করি বানেম্নে রাধা — ?

রাধা :—আ—আ—কাওত্রেগা—( হায়বা ঙমদবা ) অং নিংশিং-লক্লে—ইচে নচোম্বা ইনম্বা কৌরগেনা — ?

বৃন্দা :—করিগীনো রাধা ?

রাধা :—না দৈ— !

বৃন্দা :—মিরেগী অদুবু হেক কৌনিংলগা কৌবা য়াবরনে রাধা ?

রাধা :—য়ারবদি হেক কৌরগা 'লোইরেদনা··· ··· ··· ।

( মহন চংলকই, মখোয় অনিদি উদে )

বৃন্দা :—করি মরমগী কৌগদৌরিবনো—?

রাধা :—নংনা ঐখোয় তামোদা দৈরবদি নংনা কৌহন্নিংঙ্গবসু নমচুনা ইনম্বা কৌরেদনা — ইচে ! নং ঐখোয়গী তামোদা দৈরোকো। নংনা য়ারবদি ঐখোয় তামোসু য়াহনগে - হা—ইচে ! নং ঐখোয় তামোদা দৈরোমি !

বৃন্দা :—নংগী তামোদা হংঙু ।

রাধা :—অদু নংদি ··· ···· !

মহন :—রাধা — !

রাধা :—তামো — ( বৃন্দাদা হয়া হয়া য়েংলগা ) তামো —! রেঙোই ইচে বৃন্দাদি নংগা লুহোংবা য়ারে। অদু ইচেনা নচোম্বা হংঙু হায়রু তামো ! নংদি য়ারোইদ্রা ?

নংস্থ য়ারোকো। ওসিদগী ইনম্মা কোৱগেবা! ( বৃন্দা
চংশিন্দুনা ) নংস্থ খুম্মো ইচে! ( রাধা ঈশৈ শকপা )

—ঈশৈ—

নুহোংলগনি ইচেগা তামোগা
হরুপনি লৈগী পাঙ্গে
ইনম্মা হায়না কোৱগনি ॥

রাধা :—ইচে! নংস্থ ঈশৈ শকওসে—ইচে—!

—বৃন্দাগী ঈশৈ—

রাখল মৈরা চন্নহুনা
নুংশি নংবু খিজরগে
লোংলগস্থ নুংশি লমজিংবা ॥

রাধা :—তামো! নংস্থ শকওসে—শকও ইচেস্থ শবলে, এস্থ শবলে তামোগা মওাইরে, সে—শকওমি তামো!

—মহনগী ঈশৈ—

প্রেমগী কুলি পায়হুনা
নুংশি খোংজিল তমজরকপা
মতিক চাদে খনবীগস্থ ॥

—বৃন্দাগী ঈশৈ—

নুংশি লৈপুন ওকৈজিটে
লৈরাংগী আশা থুংজিটে
খাংজ খঙা মাংহনবীগস্থ ॥

( মহন বৃন্দা পুন্না ) লৈরাংগুম্না চিনজনিংবা
শীঙেনগুম হেক্চনিংবা
অরেম্বা আশা ওইহনবিগনু ॥
( মমা চংওকপা মথোয় অনি ইকাইবা )

রাধা :—ইমা ! অমোম্মু ইচেম্মু য়ারে। য়ারে ইমা। মথোয় অনি লুহোংঙো। ( মকন থোকখিবা ) য়েংঙোই ইমা ! তায়োনা ইকায়দুনা চৎখিব্রা অসি মান। চেন্দুনা হিং-গদ্রনে। ঐহাক তাররুখিগে ইমা। নংনা ইচেবু কাদুনা থনম্মু। ( চেনখিবা )

পুর্নিমা :—বৃন্দা —! নংম্মু লৈশাবী মপুং ফারবিনিনা ইমাম্মু বদনাম চারকলগদ্রা হায়দুনা থরাই য়াম্না রানা লৈরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি দুংঙাইরে। ইমা ওসিমক দুমিৎ অকবা অমা য়েংঙুরগে। অদুনিদনা ইচাসিদে পুন্নমক লাইবক্তা তম্মনি ঐনা য়ারে ( থোকখিবা )।

বৃন্দা :—লাইবক্তা তম্বা — ( মমিৎ উইশিন্দুনা খুদোপ মার মারদুনা ) বাবুজী। বাবুজী—! নংগী লমন শিংজগে থনজবদি অরেম্বা আশা ওইখরে। নোংদম থিবা বিধিনা লাইবক্তা নেম্না তম্মীরম্মে। নংনম্মি ঐবু দুংশি-ন্বিদবনিনা নিংজবা আশা থুংদদুনা হন্দক্কী মপোক অসির্বাদ নংগী লমন শিংজবা ওমজদরে য়ারোবিগনুকো বাবুজী। ( খুদোপ্তা য়েংদবা )

—Light off—

## ২শুবা মতাং

## শেংবা উৎপা

—লম্বী—

(রঞ্জন কৈশাল নাম তেক্নুনা চৈ অমনা শৌরদুনা চহি মরি তেলদা লৈরুবগী মকোই মরাং ইচোম চোন্নদুনা লেংজুমদা থাও অমা য়ান্নদুনা চংলকই।)

রঞ্জন :—চহি ৪গী মতুংদা মাগী মশক অদু উবা ফংলগনি। মানা বাবুজী হায়না ঐবু হুংশিনা কৌবা মাগী মরাহৈ খোনকম অদু তাবা ফংলগনি। মহাক্না মমিৎ উবা ফংদুনা হরাওনা নোকপা উরগনি—। "পুক্নি অসিমগী ননাই মুপী ওইদুনা লম্মন শিংজগে" হায়খিবা! মতম অদুদা ঐনা তুমিন্না লৈদুনা পাওখুম পীখিদবা! পুক্নিংগী আশা কোংদোকখিদবা! মতম অমুক কুইবসি থম্মোইদা লোৎতুনা থমলকপা চহি ৪গী মতুংদা ওসি মাগী মফমদা পুক্নিংগী আশা..........। হু....হু...হু... মহাক্না কয়াগী মতিক নিংখিজরমগবা......।

রঞ্জনঃ- (খাওদগী বুন্দাগী লৈবিরকপা কিরোল লৌথোক্লগা) ঐনা মাগী মথুংতা কিরোলশিং অসি পীগনি। মানা হরাও হরাওনা লোগনি, মানা থরাই তানা শেংকনি—মদুবু ঐনা............। (হরাওবা)

Light off

# ২শুবা অক্তাং
## ওশুবা উৎপা (য়ুম)

(মশিক চানা লৈতেংলবা মহনগী চেকয়ুমনি টেবল চৌকি মকম চানা চানা থাম্নি। মাংগোলদা কমতুনা বৃন্দাবা রুমাল লোল্লি)

বৃন্দা:—তাবাদন! তা-বাদন!

বাদন:—(মঙুংদগী) করি ওইরবনো? (থোয়কপা)

বৃন্দা:—ইমা তুমহৌরিবরা?

বাদন:—য়াম্না হুংঙাইনা তুমহৌরি।

বৃন্দা:—তাবাদন! নংনা পান্বা হুপী অমা থনজরো লুহোংবির-গেদনা ... .... .... |

বাদন:—হা—হা—হা—হায়রিবা অতুনা ওকচরে—কায়েরবা মপোকনিদা ইবেম্মা—। (চংখিবা)

বৃন্দা:—করি হায়বা তা-বাদন—?

বাদন:—(মঙুংদগী) কায়রবা মপোকনে।

(রাধা স্কুল কুমলকপগী মওং ওইনা চংলকই।)

বৃন্দা:—রাধা স্কুল কুমলকলবরা—?

রাধা:—উম ... ... (চংখিবা)

বৃন্দা:—নংগী তামো কুমলকপা উরমবরা—?

রাধা:—(মমুংদগী) করিনো—?

বৃন্দা :—নংগী তামোবু হায়বা — ।

( রাধা খোয়রকপা )

রাধা :—ইমাইপেম্মা হংহুনতা হেক লৈদা — ।

বৃন্দা :—ইমা হকচাং ঙমদে হায়রিবসিদি ।

রাধা :—কোয়নে হোয়নে ইমা অমাবীদা তাইশিনখিরো নত্তে ইলম্মা নংঙোন্দা মং অমা তমগে তোববু ইকাও হেক কাওই ।

বৃন্দা :—করি মংনো — ?

রাধা :—ঐগী মংদা তামো বাবুজীবু উরম্মইদো ।

বৃন্দা :—বাবুজীবু — ?

রাধা :—উম ।

বৃন্দা :—হা—হা—হা—মংগী রাবু রাধা, চহি ৪-৫ মশক উখিত্রবা অত্তুবু অমুক হল্লকনি হাযবা থাজত্রে, বাবুজী অদো লাক্ররোই । ( মহম অকিময়তগী কুমল্লকপা )

রাধা :—তু... তামো লাকলে ! তামো ! নংবু লাকত্রে হায়হুনা হৌজিক্তা শোল্লমলিবনি ।

বৃন্দা :—রাধা—!

রাধা :—ইকাইরে—ইকাইরে ।

মহন :—ইমাদি হকচাং কমদোরি—?

রাধা :—খোইদোকপা তৌদে তুমলিবনি ।

মহন :—করে-করে-( চংখিবা, মমুংদগী ) রাধা ! রা হায়গে লাও ।

রাধা :—তামোনা কৌরিবসে. কনাবুনো ?

বৃন্দা :—নংবু মত্রেনে—।

রাধা :—হয়ে—ঐবু কৌবা কদাইদগী ওইগদগে—? নংবু কৌবা ঊকায়দুনা ঐবু কৌশিন্নরিব্বনে লাও রাখংদবা।

বৃন্দা :—মসিগী অঙাংসিদি ( চংখিবা )

( যুটিশং চংওকপা )

যুটিশং :—বৃন্দা— ! বৃন্দা— !

বৃন্দা :—( মঙুংদগী ) কনানো— ? ( খোয়কপা )

যুটিশং :—ঐনে— ।

বৃন্দা :—হাইমা যুটিশং ! করি থবক্লৌনো ? রাধা—! মোরা অমা পুথোয়কউ। ( রাধানা মোরা পুথোয়ক্লুনা খাবা )

যুটিশং :—কয়েদা—( কঞ্চা )

বৃন্দা :—কুইনা কুইনা কোয়থোয়কখিদ্রেদা— ।

যুটিশং :—লম্না যুম লোক্লবদি নত্তবনিনা........., নত্তে নংবু ঐথোয়দা অমুক্তা কোয়থোকলকপ্রনে-? ( মহন খোয়কপা )

মহন :—যুটিশং ! লাকইবরা—?

যুটিশং :—ঙাযো।

মহন :—বৃন্দা ! করি করি অচা অথক লৈ, পানা হৈয়াকাদু যুটিশংদা থয়া পীজো ( চংখিবা )

যুটিশং :—নত্তে বৃন্দা— ! ইমা হকচাং ওমদে হায়ববু কয়া কয়া ওমদ্রিবমো ? অহুম্নী কক্তে হায়দুনা লাল্লিবনি।

বৃন্দা :—খোইনা কয়া ওমদবা নত্তে, করিসু খোইদোকপা তৌরোই।

রাধা :—ইচে ! ইমুদা অচা-অথক পানা হৈয়াকা চাক্কসি লাকও

মুটিশং :—উং—অদুগা ইথাসু উগ্নগে ( মথোয় অনি চংখিবা )

বৃন্দা :—রাধা ! ( রঞ্জন চংগুকপা রাধাবু মপাল নাইদনা হয়াওনা য়েংবা ) গোল টেবল মথক্তা ফিরোমকাসু নৈহোৎবনি খরা খোকউ—ভারবরা—!

রাধা :—( মসুংদগী ) হোয় —হোয় । ( রঞ্জনা বৃন্দাবু কোগে তৌবদা ভমদবা )

বৃন্দা :—ঐ ভসি রুমাল অসি অমুক্তা লোইখোকে—।

রঞ্জন :—বৃ..........( রাধা থোরকপা )

রাধা :—ইনম্মা—!

রঞ্জন :—( স্বগত ) ইনম্মা—!

রাধা :—ইনম্মা ! তারোনা লাও হায়—! হ'ইবা ইনম্মা ! ভিক্ষা লাকইবা অসি উত্রা—?

বৃন্দা :—ভিক্ষা লাকপরা ? ( রাধা বৃন্দা চংখিবা )

রঞ্জন :—ইনম্মা ! মহাক লু'হোংখ্রবা—। হা......হা........হা অদো ঐনা মাগীদমক্তনি হায়দুনা ( খাওদগী ফিরোল লোখোকতুনা ) তমলকলিবশিং অসিদি.........মাগীদমক্তা তমগ্রবনি । ( বৃন্দানা মেরুক্তা চেং খর হাপতুনা ভিক্ষা হাপ্পা থোরকই, মুটিশংসু থোরকতুনা থোংজিন ময়াদা লেপতুনা য়েংই, বৃন্দানা চেং হাপ্পা তপ্পা তপ্পা চংশিনবা । মতম অসিদা রঞ্জনা মাগী ভাবতা বৃন্দানা মমিৎ তাংলিঙৈ মতমদা ভিক্ষা হাপখিবা অদু নিংশিংলকপগা লোয়ননা ঊখৈ অদুমক ভারকই, মমিৎতি পিতনা থনখ্রে । )

—ঈশৈ— (ওকতগী)

থবোইদা কংলে পুক্লিংগী আথা
কায়রেদো পুন্নোগী নিংজবা
নিংবা শোয়া লৈহৌরে
মিংকী পিনা হাথৈরেদো ॥

(বৃন্দানা ভিক্ষা হাপই, রঞ্জনা য়েংছুনা লৈ)

রঞ্জন :—ইমা.........! মতম্......লৈবথিবিক্তা.........তাইবংপান মপুনা নথোয়.......অনিবু......থৌজানবিবা....ওইসহ্....!

যুটিশং :—র.......ঞ্জ.......ন.......!

বৃন্দা :—ক্রিয়োলশিং অসিদি নঙোন্দা কনানা পীরকইবনো—?

রঞ্জন :—ঐনা ভিক্ষা নিবা চৎচবদা পুকচেল চাওবা কনাগুম্বা মী অমনা পীরকপনি। মসি চাকনিবা ঐঙোন্দা কায়দবা পোৎনি। অছুনা ইমা! নং মসি লৌহোরো। নংনা মতম অমদা ক্রিয়োলশিং অসি শেৎপত্ত উবে হায়রগা মিৎ পেয়া য়েংজগে.........। মৃ.........., ভিক্ষারি ঐনা ওসিদি য়েংলয়োই......সে.......!

(যুটিশংনা থাংবা ওমত্রছুনা ইমুংদা চংখিবা)

বৃন্দা :—ঐঙোন্দা পীবিবগী মহুৎতা মসি য়োম্হোকলে হায়রগা নংগী লায়র-অনংবহ্ কোক্লুচো।

রঞ্জন :—হ্....হ্....হ্ মসিবু ঐনা কনাদা য়োম্হোকলগনি কনানা লৈবিগনি—নত্তে নং লৌহোয়োসে—। (পীবা বৃন্দানা লৌবা)

বৃন্দা :—ফরে, মসিগী মমল ওইনা শেল থরা পায়খো—!

রঞ্জন :—শেল.......! শেলদি পাম্মদে, পীবিগে হায়রগা, ইমা !
নঙোন্দগী করিগুম্বা পোৎশক অমতং "নিজগে........
পীবিগদ্রা......?

বৃন্দা :—করম্বা পোৎ........?

রঞ্জন :—ইমা—! নংগী নখুৎতা শিন্বিবা খুদোপ অদো—!

বৃন্দা :—মশিবু.........?

রঞ্জন :—মতম থরগী মমাংদা মহুগা চপ মান্নবা থরাইমক্তি খনজবা খুদোপ অমা এগী লাইরা থাংপোক্তা থমজরমই, অদুবু অফম থংদনা মাংখে।। মহু মাংশিঙৈদগী ওসি এ অঙাওবগা চপ মান্নরে; ইমা—! ন'না চানবিহুনা মহু এঙোন্দ পীবিরবদি মহাকমক্তি খনজহুনা এগী লাইর থা পোক্তা লাৎচরুগে মহুত্তদি কিগাও শানা নিজরি।

বৃন্দা :—বাবুজী ! ন'না নংমাক্ত হায়না এঙোন্দা শিন্নরম্বা থরাইদগীসু পাম্মুনা নং শকতুনা থমজবা, ৎরু নিংশিংনবগী মশক ওইরবা খুদোপ অস্নে ঙাস চাক্নিবগী মক্‌মদা দান তোখ্রেংকে.............য়ারোগহুকো বাবুজী ! (খুদোপ লোথোক্লগা) শে—লোয়ো—। (পীবা)

রঞ্জন :—(লোনা লোনা) পীবিয়ো ইমা......, এগী খুদোপকা চপ মান্নবা, এ শক্লবা .....অহুগুম্বা খুদোপ অদো মী.......
অতোপপগী......মক্‌মদা থমহুনা......মীবু.........অরাবা পীনিংদে......।

বৃন্দা ঃ—খুদোপ অতুনা দান ওইনা পীবনি……নংগী কি অসিগী মমল ওইনা শেল থক্লা পায়খো লৈরমখো—। ( চংখিবা )

রঞ্জন ঃ—ঙসিসু বাবুজী হায়না মুংশিনা কৌবা……।

( বৃন্দা, যুটিশং, মহন থোরকপা, বৃন্দানা চংশিল্লকপদা মহন লৈবা ঙমত্রতুনা থোকখিবা )

বৃন্দা ঃ—ঙাইখো—।

মহন ঃ— কনানো—?

যুটিশং ঃ—রঞ্জন……!

মহন ঃ—রঞ্জন——!

## —Light off—

## ২শুবা মতাং

## ৭শুবা উৎপা

—লম্মী—

( রঞ্জন মমাই-মমিৎ ইকায়-কায়রবতুনা লৈরম্মী )

রঞ্জন ঃ—হা·· হা····হা···মী অমগী পুন্সীদা মী কয়াগী থাইন· মৈচাক ফংবা ! অসিব সংসার……? অসি পুম্নমক অসি মিৎ নংগী থোইনশিন্দগী থোকপা ঙাক্তনিকো···। অতুবু……পুন্সীগী য়েক্লবা কায়ত্রবা মিৎ মংবু ওসি

ইশামক্না মাংহল্লেদো·······ও হৌজিক্তি মমলবা সংসার অসিদা কনাবুস্থ উররোই······। অতুপা পুকনিং·······নংস্থু রারুপস্থ·······নংগী······য়েক্লবা······মিৎ লৈত্রবনিনা পুন্সী অসিমগী······শান্তি কংলগনি······। হা····হা····হা··· অহুবু······অহুবু·······মহাক্কী কাওবা য়াম্রবা····"বাবুজী" হায়না সুংশিনা কৌবা···নাকোংশিদা····তত্তনা নিল্লরি····। ( মতম অসিদা পথিক্কা ঈশৈ শকহুনা চংওকই। )

—ঈশৈ—

সুংশিনা য়োকচবা

পাম্মুনা থমজবা

থরাই চেক্লা সুংশিবা

লৈরমদরে থমোই অক্লাদা॥

( ঈশৈ শক্লা শক্লা পাথিক থোকখিবা )

রঞ্জন :—কাওগে নিংবনা থোইনা হেল্লা নিংশিংনকম ওইররে······ থল্লরোই হায়বা য়াথিদরে—। ( মহন ক্লিংনা চংলকপা )

মহন :—উঃ ( মমাই খুম্বা ) করিনো তৌরিবা অসিদি।

রঞ্জন :—কনানো—কনানো—?

মহন :—ঐনি রঞ্জন—!

রঞ্জন :—ঐ হায়বদি····নং···কনানো··· ?

মহন :—রঞ্জন—। নংগী মরূপ মহন ঐনি—।

রঞ্জন :—মহন হায়বনা কনানো ? রঞ্জন হায়ব না কনানো—? ঐ

অসে অঙাওবনি অঙাওবা ! সংসার অসিদা ঐগীদমক্তা কনাস্থ লৈত্তে—।

মহন :—( রঞ্জনগী মশা পাশরগা ) রঞ্জন—! রঞ্জন—! ঐ মহক্নিনে রঞ্জন……!

রঞ্জন :—ঐ রঞ্জন নত্তে….ঐগী ইমিং…রঞ্জন কৌদে। ঐদি সংসার থাদোক্লবা মী অমনি। ঐ অঙাওবা খোংত্তেকপা অমনি।

মহন :—রঞ্জন——!

রঞ্জন :—ঐ অঙাওবনি অঙাওবা—।

মহন :—রঞ্জন নংনা খুণতুনা কাম্নরোই—; নংনা কোংদোকপা ঙমদববু ঐনা চপ চানা কোংদোকনি। নংনা বৃন্দাবু ঐগী ইকমদা শিন্নরম্বনি—, মাগী অক-কত্ত ভার পুম্নমকপু হায়না নং শকতুনা ঐবু নংনা থনমবনি ; মহু পুম্নমক অহু ঐনা থওইদহুনা কাওথোকপা নত্তে—; অহুবু লম-লানবী মপুং কারবী লৈশাবী অমনা চহি অনি অহুম অস্থম লৈবহুদি চৎনবী মতুংইন্না মীগী মিৎয়েংদা কজদবা অমা থোকইদো। অহুগীস্থ মথক্তা বদনাম থোরকত্রা হায়না মতম অহুদা চিংনবা অমস্থ মী খুদিংমক্কী থম্মোইদা পোকলমই, মহুদগী থংবা ঙমদবা বিধিগী লোংদন্না মহাক ঐহাক লৌন-লৈনখিবনি রঞ্জন—।

রঞ্জন :—হ—হ—হ—চুম্মী, হৌজিক্তি অঙাওবা ঐহাক ভাব ভারে। মহু পুম্নমক অহু করিস্থ নত্তে—, মরাইবক থিরবা

রঞ্জনগী মরাইবক্তা অসুম খোকউ হায়না তমখিবনা মহাক্কা অহুগুম্বা খাইন-মৈচাক ফংবনি কনাগীনু দবা নত্তে— পুম্নমক মাগী মাগী লাইবক—হ—হ—। (খোকখিবা)

মহন :—রঞ্জন——!

## —Light off—

## ২শুবা অঙ্কাং

### ৮শুবা উৎপা (চাংয়া)

(রঞ্জন তুরোই তারোই চংলকহুনা চিংয়াদা লেপ্পি, ওফকগী "খমোইদা কংলে পুকনিংগী আশা হায়বা ঈশৈগী শুর অহু বেগগ্রাউন্দা ট্রমপেতনা তপ্পা তপ্পা খোংলকই। রঞ্জন অরাবা মৈচাক্কা স্বর মতেক মতেক হোন্দুনা— )

রঞ্জন :—নিং তাংলবস্থ ···· ···· মহাকপু ঊবা— কংত্রবসু ···· ···· ঐগী ···· খমোই··· লাইমদা····মাগী···নিংখিজবা·· মুতি অহু ·· ময়েক ··· লানা ··· মমি ···তাগ্রে····। বাবুজী —হায়না...মানা ··· চুংশিনা কোবা ··· অহু ··· হন্দকী — মপোকসিদা··· তাররোই—। কাওবা ঙম্নরোই— —মাগী—চুংশিরবা মরাকৈ—খোনকম—হা—হা—হা— হা—পুক্লিং—! নংনা মহাক্কী — রাখন্দা—খঁংলিবা— অসিবু— করিগীনো—? নংনা খল্লুরিবা — মহাক অহুদি

…হেক্তোকথ্রবা…লৈরাং লৈখোক্তা…অমুক হল্লা শাং-লরোইদবা শীঙেন্নি….। ( হিপথখিবা. ঙাইহাক লৈরগা মহন বৃন্দা চংলকই। )

বৃন্দা ঃ—আ ‥ চীংথক্তা লৈন্নিবা থাংপোক অসিনি ঐগী লাইর থাংপোক হায়বদো…। অদুগা মসে মতম অমদা বাবুজীগা ঐগা চীংয়া অসিদা ( রঞ্জনবু উবা) কনানো ? ( চংশিনবা ) হিঃ মসিদি নহাল নোংমা ঐখোয়দা লাকলম্বা চাকনিবা অদুনিনা—।

মহন ঃ—( স্বগত ) রঞ্জন—!

বৃন্দা ঃ—শুকলবা চীংয়া অসিদা কয়াদা নিংঙাইবা লৈতনা তুমলিবা—!

মহন ঃ—বৃন্দা—! মকম অসিরাইগী লুংশিং অসে ওয়োক্লা শাগ্রে—স্বর হোনবা য়াদ্রে —; থবাক ফুনগদৌরে — ঐখোয় য়ুমদা চংলসি।

বৃন্দা ঃ—চংলসি, অদু মহাকপু হৌদোকপিরগা শেল থরদং পি-রমসি। নহাল নোংমা লাকলম্বসু শেল লৌ হায়বা য়াথিদে লুংশিন্দ্রা—?

মহন ঃ—নত্তে-নত্তে হৌদোকপিরুগনু—তুমজনসনু—।

রঞ্জন ঃ—( হৌগৎলকপা ) কনা কনানো—? মকম অসিদা লাক-তুনা ঐগী শান্তি থুগাইরিবা নখোয় কনা কনানো—?

বৃন্দা ঃ—করিনো মমাই মমিৎ ঈনা পুমঙাং ঙাংলেনা হৌগৎলু রা ঙাংনসি।

রঞ্জন :—হৌংলিবা নংবু কনানো ? সুপীরা সুপারা—? মচু হায়া হায়খো ।

বৃন্দা :—ঐ সুপীনি ।

রঞ্জন :—সুপী—! সুপাগী মাংননবগী মশক ওইরবা সুপী চৎলো ; চৎলো মক্কম অসিদগী থুনা চৎখ্রো চৎলো ; হা—হা হা-ঐনা মিৎ তাংলিবা-খোং তেকলিবা—অসিগুম্ব অবস্থা ওইরিবা অসে করিগীদমক্তুনো ? সুপী ওইবী নখোয়গী-দমক্তুনি। মাগী মমিৎ তাংবা লাইয়েংনবগীদমক ঐনা সুপা হুরানবা, পুলিশকী নোংমৈ গুল্লিনা পানবা, খোং তেকপা, চহি ৪ জেলদা লৈরুব, মাগীদমক্তা অরাবা কয়া খাংলুবা, মচু পুম্নমক অচু করি অমত্তা থন্দনা তৌবি-মল থংদবী মহাক অচুনা ঐবু থাদোকতুনা চৎখি—।

বৃন্দা :—বাবুজী—! ( রঞ্জনগী মখোংদা তুশিনবা )

রঞ্জন :—কনা—নং কনা—?

বৃন্দা :—তৌবিমল থংদবী বৃন্দানি — ।

রঞ্জন :—বৃন্দা— ! নং— — ।

বৃন্দা :—মানি বাবুজী—! নহালমথৈ চাক্লিবা শাক্তুনা ঐবু লৌনম তৌবিরমলিবা করিগীনো—? য়েংঙু বাবুজী—! নংনা পীরম্বা কি-রোল অদো ওসি শেৎতুনা লাক্লেনে —য়েংঙু বাবুজী —!

রঞ্জন :—বৃন্দা নংবু উবা ওম্বগী ঐগী পাঙ্গল লৈত্রে, অহৌবু মিৎ তাংলবসু উত্রবসু নংনা ওসি কয়াগী মতিক নিংথিজরম-

গদগে হায়বছু ঐগী পুক্নিংনা তশেংনা খংলে। নংগী মুর্তি অসি পুন্সী অসিমগী থম্মোই লাইয়ুমদা ময়েক লানা মমি তাখ্রে—।

বৃন্দা -করি হায়বা বাবুজী, বাবুজীবু মিৎ উত্রবা—— ?

( রঞ্জনগী মখোংদা তুশিনবা )

রঞ্জন :—বৃন্দা —! নংনা ঐগী থোং পায়রিবা করিগীনো ? নংদি ঐগী মহোশাগী :বৃন্দা নত্রে ··· নংদি — ইমা—শক্লবীনি —নপুরোইবা লৈরবিনি—।

বৃন্দা :—নত্তে নত্তে বাবুজী — রাখল অতু লাক্লে—।

রঞ্জন :—নত্তে নত্তে বৃন্দা, নপুরোইবনা খংবি উখিবা থোক্লে হায়রগা নংগী অমাংবা ওইগনি— ।

বৃন্দা :—ঐগী ইপুরোইবসু মকম অসিদা লৈ— ।

রঞ্জন :—করি হায়বা বৃন্দা ? নপুরোইবা য়াওরকই হায়বা। ( হোগৎলকপা ) কদাই — কদাই — মহন ! মহন ! বৃন্দাগী করি অমত্তা দোষ লৈতে ( মহনগী মনাক্তা তুবা ) ওঃ—মহন—! ঐনা হৌজিক হায়খিব্রা রাশিং অতু নপুক্নিংদা চিংনবা ত্তোগনু—। ঐগী পুন্সিনা নিংঙম- হৌদবা পুক্নিংগী আশা চুম্না কোংদোকরকপনি। করিসু থংজদবী মরাল লৈজদবা বৃন্দানি ——। নংনা মাবু থাদোকপিগনু — মাগী মশাদা — করিমত্তা দোষ লৈতে —রাখল থেনবা ঐগী দোষনি।

মহন :—রঞ্জন—! নং অমদি বৃন্দাগী দোষ করি অমত্তা লৈতে

রাখল্ল থেনবা ঐগী দোষনি—।

বৃন্দা —তাকপিরিবা পুন্নমক অদো অরানবনি —। দোষতি মুপী ওইবা ঐগীনি (মহন্দা) বাবুজীবু য়ুমদা পুন্থুনা মিং তাংলিবা অসি ফনবা লাইয়েংজ্ঞসি—।

রঞ্জন —নত্তে নত্তে বৃন্দা! ঐ মিং পান্দ্রে——। ইশানা মাংহনগে হায়তুনা মাংহনখ্রবা মিং'ব——। সহাকী থোইনশিন্দগী ঙসি ঐনা ওইরিবা অবস্থা অসিনি——। অমম্বা ঐগী শান্তিনি——অঙানবা শরুক পামজদ্রে——। চৎলো বৃন্দা——চৎলো মহন———, নখোয়গা ঐগা লম্বী তিন্নদ্রে——নখোয়সু নখোয়গী লম্বীদা—— পুন্নখ্ব মাগী মাগী লাইরক——। (তপ্না তপ্না চৎপা হৌবা; বৃন্দা মহন য়েংনহুনা লৈহৌব)

বৃন্দা ঃ—বাবুজী—!

(মতম অসিদা ওকত বেগগ্রাউন্দগী ঈশৈ মুংশিনা শকলকই।)

—ঈশৈ—

থমোইদা কংলে লুক্লংগী আশা
কায়রেদো পুন্সীগী মিংজবা
নিংনা শোম্বা লৈহৌরে
মিংকী পিনা মাথৈরেদো ॥

(ঈশৈ লোইরকপগা লোইননা মহন অমসুং বৃন্দা মুংগী মুত্তিগুম্বা লেপতুনা লৈহৌই, মতুগা লোয়ননা যুবনিকা তপ্না তপ্না হাইজিল্লকই।)

লোইরবা।